ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টীভেল ১৯৭৬ কী বেষ্ট প্লে

2009

শ্রীবিঃ কেঃ ৱাহেংবা

ৱাঙ্গোই

B.R. Publications




# ফতিমা

ফোংবা - খৃষ্ট কুম ২০০৯

অফোংবা - বিঃ কেঃ রাহেংবা

মখুম - নিলাকান্তা (এনঃ কেঃ) রাহেংবা

মমল - ৯০

অনিসবা খুনম ২০০৯

কোপী মশিং - ১০০০

নম্ফম - রাশি কমপুটর, ৱাঙ্গোই

*B.K. Publications*

Wangoi Wahengbam Leikai

# 'ফতিমাগা নৌনা থেংনরুবদা'

'ফতিমা' খৃঃ ১৯৭৬ দা ইথিবনি হায় । ঐনা অমুক খৃঃ ২০০৮ দা থেংনজবনি । অদুবু চহি ৩৬ গী মতুংসিদসু ঙসিগী মীরোলগী ফতিমা ওইনা অদুমক লৈরম্মী ।

নৌনা য়ুম পাল্লুরে । অহানবগী নিপাদু শিদোকখ্রে । অনিরক শুবা পাল্লুবদসু নুপী য়াম্না লোনবা নুপা ওইরমদুনা থায়নবিরকলে । অহুম্লকশুবা লাকপদসু শিখ্রবী মাগী নুপীগী নুংশিবা ব্রাখল থাদোকপা ঙমদবা নিপা ওইরমদুনা মপুরোইবগী নুংশিবা ফংবা ঙমদ্রে ফতিমা। ফতিমানা ঐখোয়বু হংহল্লি - নুপীনা হিংবসিবু নিপা য়াওদ্রবদি য়াদব্রা ? অদুবু ফতিমানা থম্মোই শোক্লা হায়খি - 'ঐ হিংনিংই, হিংবা পাম্মী । ঐ হিংবগী নেশা ফংবা ঙমদ্রে '। ঐখোয়বু খলহনখি - হিংবা হায়বসে অরায়বা নত্তে ।

রহিম্না মাগী শিখ্রবী নুপী নজিমাবু কাওবা ঙমদে । নৌনা লাকপী ফতিমাবু নজিমাগুম্না মাগী থম্মোইদা কোনশিনবা ঙমদে । অদুনদি - লুহোংদুনালৌবা নুপী খুদিংমক্লা নুপা অমগী নুংশিজবী নুপী অমা হায়বসিগী ফিদা হেক্তা ফংবা য়াদ্রিবসি করিগীনো ? লৌনদুনা ইমুং অমদা লৈমিন্নরবা নুপা-নুপী অনিগী পুক্লিংদা চয়েৎনবা, পুনশিন্নবা ঙমদবা অমা লাক্লিবসি করিগীনো ? ঐখোয় মীওইবগী পুক্লিং-ব্রাখল ঙক্ত্রা ? মসিনা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সিদা, হিংবদা পীরিবা ঈথিলসি চাওদ্রা ?

খোঙপাক্লা নেৎথৎখ্রবা লৈ অমবু ওজা করিম্না লৈ ওইদ্রে হায় । মরমদি লৈদুগী মশক-মওং মাঙখ্রে, কেমিকেল ইলিমেন্টতুদা ঙায়হৌরে হায় । মসিনা অমুক বৈগ্যানিক ওইবা মীৎয়েং অমনি ।

অদুনদি করিগুম্বা পোৎ অমবু, হীরম অমবু ঐখোয়না ইশানা খঙজবা চুমলোইদ্রা ? তোঙান-তোঙানবা এঙ্গঁল কয়াদগী য়েংনরকপা মীৎয়েংময়ামদু লোয়না উমিন্নবা ঙম্লগদি ঐখোয় মীওইবনা হিংবদা থেংনরিবা মুরুবা, চয়েৎনবা

কয়াসি কমপ্রোমাইজ তৌবা য়াগদ্রা.. .. ?

ফতিমানা ঐখোয়বু নুংশিহল্লি, ৱাখল খলহল্লি - মসিমদি শোয়দ্রবা ৱাফমনি ।

'লীলানি হায়দুনা অনোকপা মচেৎ অমত্তসু য়াওদে' - লীলা য়েংবা লোইরগা থোরকপা ভাবোক অমগী কমেন্টনি । মসিসু ভাবোক্কুগী মাগী ওইবা মীৎয়েংনি, ৱারৌজদে । অদুবু ফতিমাগুম্বা এক্সপ্রেসন্নিজমগী মওংদা ইবা, এবসর্দ প্লেগী মওংসু মানগে তৌবা লীলা মখল অমা কাকা বিঃ কেঃ ৱাহেংবনা ইরম্বসিদি থাগৎতবা ঙমজদে । মসিনা মনিপুরগী থিয়েটর লিতরেচরদা অনৌবা লমায় অমা হাংদোকপিরম্বনি হায়দবা ঙমজদে । মরমদি জিঃ সিঃ তোংব্রা, অরাম্বম সমরেন্দ্রা, এঃ তোমচৌ, ক্ষেত্রি সনাজাওবা, খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ, পুখ্রম্বা শামু, নিল্লধজ খুমন নচিংবা খরা নত্তনা অনৌবা লীলা ইবগী মওংসি ইপায় পায়খৎ-নদ্রিবা মতমনি খৃঃ ১৯৭৬ হায়বসি । অদুবু মচেৎ-ময়াদা খর নত্তনা ঙসিসু অদুমক নৌনা লৈরি ফতিমা ।

ফতিমা মতম পূম্বদা নৌনা লৈবা ওইসনু ।

কাকা বিঃ কেঃ ৱাহেংবনসু মখা তাবা অচংবা লীলা কয়া ইবিরকখিসনু ।

ৱাঙ্গোই

জানুৱারী ১৯,২০০৯ ইং ।

Th. Shyamo Singh

থৌনাওজম শ্যামো সিংহ

দিরেক্তর

ৱাঙ্গোই দ্রমাতিক ইউনিয়ন ।

# ফতিমাগা উম্নরুবদা

চনৈনৈ চয়েৎনৈ, ভাব তাদে । হায়নিংনবতা হায়, উৎনিংবদতা উৎলিঃ- অচুম্বা লোয়না ওই । মশা মশাদা লোয়না চুম্মি । ঐঙোন্দদি অমুক শোয় । অসুন্না উংলি মণিপুরদা লীলাগী চক্র । ঐ ঐ হায়বসি অমুক খ্বাইগী মরক্তা মশক তাকই মাগী ব্রাখল্লোলনা । অদুবু ঐখোয়না হুজিক হুজিক হিংবসিদা ঐ হায়বসিগীদমক খ্বাই হায়বসি মতেং লৌবরা নম্রগা খ্বাই হায়বসি মশক থোক্লবগী ঐ হাযবসি য়ুমগী উখোং ওইবরা - মসিসু চমম্নে ।ওইরিবা ফিভম অসি করিসু নত্তবা ওইবা য়াই; অদুবু অপূম্বা সমাজ অমদগী থোক্লকপা মীওইশিংগী অনৌবা সমাজ অমদা লৈবাক অমদা জ্ঞান তান্নরক্লনা মাগী মাগী অনিংবদু মনিংতম্না ফোংদোকচদুনা হিংজবগী খুদম্নি । কনা অমদখা মী খুদিংমক হক মান্নবা হিংমিন্নবনি । হরাওনৈ,নুংঙাইনৈ কুম্মৈ অসে থূনা হোংলকপা ইতিহাসকী ইরাং অসিদা । মবমদি ঐখোয়না নিংশিংলি ঙরাংতা নিংথৌনা হাউখিবা য়েনশাং অদো ঐখোয় খ্বাইসু হাউখিদো লৈবাক শিন্না ।

কলাগী সেবা - ফজবা, অচুম্বা, অশেংবা - অমুকসু মীরোল অমা লোল্লি, শোল্লি লাইব্রা তিনব্রাগুম ঐখোয়গী চিন্দা তেনব্রাগুম - aesthetics । ঐখোয়গুম্বশিংসিনা সনা কোনুংদা হংগুম কক কক, মেছিনগুম হকচাংদা থাউ তৈশিল্লগা ফমপাক কয়াদা হুইস হুইস খোংলিবা - ঐনি কলাকার নোংপোক নোংচুপ শম্নববা, ফজবা হায়বদু মশক খংলবা । খঙদে হায়বা ঙমদে অদুবু হঙোই মমা মপুক কংবা হৈবী হেক হেক নিংশিংলকই । ইকায়রকই মায়থির - কই । মীনম্বা অসিগীদমক ইশাবু ইশানা তুক্কৎচরকই মরমদি ঐসে অব্রাৎ অপা লৈত্রবা চুংশিন্না হিংমিন্নবা সমাজ অমদা হিংলমদ্রে । ঐগী হোন্দোরকপা নুংশা শোর অব্রাবা খাঙবতা মওইরম্মি - সমাজ অসে নেৎখায়রমাল্লে তকখায়রমাল্লে মক ফুকথ্রমাল্লে - অমুকসু ঐ অসে কুচু ওল্লে মচু শংলে - ঐগী থাজজরবা

পাঙ্গল্লবা থব্লাই অদুনা হিংলিবা হকচাং ওইরমদ্রে । মমি শামখ্রে aesthetics । চেরিটি শোগী পামনবী চৎনবী লীলাগী, খুঙ্গং, খুঙ্গংদা লৈকাই লৈকাইদা চহিগী কুম্মৈ ফিয়োং তাবা নুমিৎশিংদা চোংলিবা মপাম্ভোংগী কুম্মৈ অসিসু ইরাংতা ইরাং ওইখ্রে । ঐখোয় ইরাং পুবী ওইখ্রে । খুন্নাইসিনা হিংবদা থোক্লকপা হুমাংদগী শেমগৎখিবা লমসিগী কুম্মৈশিং মদুগী মথব্লাইদো সমাজসিবু তকখায়-খিবা নুমিৎতা অদুমক ঈরোয়ননা লৈরোল চনখ্রবনি ।

সমাজ অসিদগী থোরকপা ফতিমানি । নুংশিৎনা মঙ লৈবাক্তগী হুমজিল্লকপদি মান্দে । লৈহাও চেন্দ্রবা সমাজ অসিগী পোখোক্লি ফতিমা । লৈবাক অসিগী, সনা কোনুংগী শৌগৎপা, ইনথৎপা, থাকপা, য়োকথৎপগী ইরাং চুদ্রিবা, লাং অদুদা থুদ্রিবা, অপুম্বা সমাজ অসিগী মনমদুদি চৈনা ফাওনা নম্লুবা মরুপ অমনি,ফতিমাবু শোর হোন্দোকরক্লিবা বিঃ কেঃ ব্লাহেংবা । মহাক্না মীওই-ববু থাজৈ,অফবা থব্লায় অদুবু নিংজৈ; থব্লায় অদুনা হিংবদুমক ফতিমানি -তশেংনমক অফবা থব্লায় অদুবু য়োকথৎপনি, থব্লায় অদুবু নেৎখায়বা নত্তে ফতিমানা । ফতিমানা ওজা করিমগা লোয়ননা হিংখিদৌরে হায়বগী ইঙ্গিৎ পিরমদনা করিহুম্বা লীলা অদুদা ফতিমানা নিংবা কায়বা শাদুনা মাগী অফবা থব্লায় অদুবু লংশেক্লম্বা, থোক্লবদি মাইনু পেমচাগুম, ময়েক্লা তাবা ব্লাফম্নি, ঐখোয় কপ্লমগনি ফতিমাগীদমক অমসুং লীলা অদু নুংঙাই হায়না অয়াবা মোৎ অমতা ওইনা পীরমগনি ।

অমুকসু নিংশিংলি ফতিমানা ঐখোয়দা থব্লায়বু ভৌদুন । থমফদে, মিবা লম্বাগুম পাইহনফদে, অফবা থব্লায় সমাজনা ম শক তরং তরং থোকহনবনা সমাজ অদুগী লীচৎ ওইবা তাই ।

ইম্ফাল,

তাং ১২।২।৭৭ ইং

কান্হাইলাল হৈস্নাম

# ব্রাহৈ খরদং

মরূপ অম্মা হংখি 'ফতিমাদা অইবনা ফোংদোক্লিংলিবসি করিনো ?' ঐ খুমফম খংখিদে। ঐনা ফোংদোক্লিংবদুদি ফতিমাগী লিলানা ফোংদোক্লিবা অদুনি। 'এতোম' করিনো ? ব্রাহং অসিদা সাইনতিষ্ট অদুনা এতোমদি অসিনি হায়না ব্রাহৈনা ফোংদোক্লুনা খুমবগুম ঐনা ঐগী মরূপকী পাউখুম অতেনবা ব্রাহৈ খরদা ফোংদোকপা ঙম্মখিদে। বিজ্ঞাননিকশিংসু - মখোয়না উৎনিংবদু ব্রাহৈতনা মপুং ফাই, হায়না লৌদে, এক্সপরিমেন্টনা উৎলি। ঐনা নিংজরুরবদি 'কলা' হায়বসি লোল অমনি - ব্রাহৈ লোলদগী য়ৌশিন্না ফোংদোকপা ঙম্বা লোল অমা। অসুন্না ঐনা ঐগী লিলাগী সমলোচনা তৌবা হৈখিদে - ঐনা হৈশিংলবা সমলোচক অমা ওইখিদবনা।

বেদব্যাসকী 'শ্রীমদ্ভদবতম' করিগুম্বা অচুম্বা অমগী মরমদা ব্যাসনা ঙম্বমখৈ চপচাবীগী থাক য়ৌশিন্না পিরবা অর্থনি। বেকেৎকী 'ব্রাইতিং ফোর গেদোৎ' অসিবু বেকেৎনা করিগুম্বা অচুম্বা অমগী মরমদা ঙম্বমখৈ চপচাবীগী থাক য়ৌশিন্না পিরবা অর্থনি। কনাগুম্বনা 'শ্রীমদ্ভগবতম' গী অর্থ অমুক হন্দোক্লবদি মদু অর্থগী অর্থনি। তৌইগুম্বসুং চপচাবী অর্থ অমগী অর্থ অমমুক লৈখিগদ্রা ? হোয়, অতোম্পা 'মেদিউম' হায়বদি 'কলা' অমদা অচুম্বদুগী অর্থ অমা তোঙান্না ফোংদোকপদি ঙম্বা য়াই। 'কলা' হায়বসিদগী হেন্না করম্বা পোৎশক্লা চপচাবী অচুম্বদুবু তরং তরং উহনবা ঙমগদগে ? ঐনা 'ফতিমা' না ভাবোকতা করিগুম্বা অমত্তা ফাওহনবা ঙমদ্রবদি - ঐনা 'ফতিমা' সি নত্তবা অতোম্পা লিলা ইখিবতাই - মদুনা - ফতিমাদা অইবনা ভাবোক্তা পিনিংলিবদু পিবা ঙমগদবা। অদুবু 'কলা না ফোংদোক্লিবসি অয়েংবা অমসুং অতাবদা ফাওরিবদুনি। ভাবোক্তা ফাওরিবদুনি - লিলাগী অচুম্বা। অচুম্বসি - রেসনেল ওইবয়াই, ইর্রেসনেল ওইবয়াই। লোজিকেল ওইবয়াই, লোজিকেল ওইদবয়াই। অদুবু অচুম্বা হায়বসি লোজিক অমসুং রেসনেলিতিগী থুমোকতা পুল্লপ হাপচিনবা য়াবা অমা নত্তে, হায়বসি ঐগী থাজবনি।

তশেংনমক 'ফতিমা' দা ঐনা ষ্টেটমন্ট অমা পিনবা হোৎনজদে। চুন্না ভাবোক্তা ইতোপ তোম্পা 'এক্সপরিয়েন্স' অমতং পিনিংবদুনি। শিখ্রবা মীনা করিগুম্বদগু কবরদগী হৌগৎলক্কে। হৌগৎলকই - হায়রবদি মদু মীনম্বনি। হৌগৎলকপা থোক্লবদি' মহাক মী নত্তে, অতোম্পা অমা ওইরমগনি। অদুবু লিলা - অসিদদি রহিম অমসুং ফতিমাগী পুন্সিগী চয়েৎনবা মরক্তা, রহিম মথস্তগী পুন্সিদা, রহিমগা নকশিন্নরুরবা ফতিমাগী পুন্সিদা,হৌগৎলকই-নজিমানা কবরদগী। অদুবু সুলৈমান অমসুং করিমগী মফমদদি, নজিমা হৌগৎলক্কে - কবরদগী। পুন্নমকসি দ্রামানি। কবিম ফিদম লৈবা মী ওইরম্বা য়াই অদুবু মা মীনি। আইডিয়ালিষ্ট অমনা ভাবনা শাবা মীদুদি নত্তে। মা লিলাসিদা যাওবা 'কবিম' নি। সমাজদা চৎনবিবা পুন্সিদা ওইথোক্কদবা মী অমনি। মাগী থামোযনা ফতিমাবু নুংশিরুবা-মীওইবগী পুক্লিংলোলগী ব্লাংমা লানবা নত্তে। মী শিবা নাই। বহিমসু শি। অইবগী কলন্না হাম্পা নত্তে। হুন্দক্তি' ফতিমাগা নকশিন্নরুবদা - অশিবা রহিমসু হৌগৎলকই কবরদগী, কবিমগী মফমদা। মদুনা চপমান্ননা ফতিমাগী মফমদসু। পুন্নমক দ্রামানি। ইতিহাসকী থৌদোক নত্তে।

ইচম - চন্না হায়ববদা ফতিমা ইচম চষ্বী পুন্সিগী লম্বী চৎপী অমনি। মহাক ক্লেওপত্রা নত্তে, সিতা নত্তে, দ্রৌপতি নত্তে, হেলেন নত্তে, যোআন ওফ অর্ক নত্তে, কর্মসিয়েল ফিলমগী হেবোইন নত্তে।

## অনিশুবা খুফোংগী মতাংদা

অহানবা খুফোংদা লৈখিবা 'ফতিমা' দগী অনিশুবা খুফোং অসিদনা অহোংবা খজিক লৈহনখ্রে। লৈবাক তৌথোক্লগা থম্মৌ তানবীনা থম্মৌ তাল্লি। অদুগা মশা মবেং, মপোপ করিমত্তা কাইহন্দনা থম্মৌদু লৈনুংদগী পুথোরকই। মতৌ অদু তমদুনা অইবনা নুংগী অওইবে মশক (ইন্নর রিয়েলিতি) অমা

পুথোক্লবা হোৎনৈ । রিয়েলিতি অদুদি মতম নাইদে । তৌইগুম্বসুং থম্বৌদু তানবগী খুতান অদুদি মতম অদুগা চান্নবা য়াই, চান্নদবা য়াই । অদুম ওইনমক - চান্নহনবা মথৌ তাই । অথেংবা ৭০ গী মতমদা পোকখিবা ফতিমা পদ্মশ্রী ফংদ্রিঙে মতমদা শ্রীকান্হাইলাল হাইস্নামনা শেমশারগা পুথোকপিখিবনি । নিংথিজনা মাইপাকখি। বেস্ট প্রদক্সন তাখি । অদুবু অনিশুবা মিলিনমগী ৮শুবা চহিদা লিলা অসি নৌহৌনা শ্রীথৌনাওজম শ্যামোনা মশাগী ওইবা - কৃয়েসনদা পুথোক্লুনা ২০০৮ দা পাংথোকখিবা লাংমৈদোংগী খা মনিপুর দ্রামা ফেষ্টিভেলদা ব্লাঙ্গোই দ্রামাতিক ইউনিয়নগী আর্টিষ্ট শিংগা খুৎশান্নরগা খুদোল তমখি । নিংথিজনা পাংথোকখিবগা লোইননা মনা মথুম কয়াসু লৌরকখি। অথন্ননা পনবা যাবা ব্লাফম অমনা, লিলা অসিদা য়াওরিবা সুলৈমান কৌবা নিপাগী কেরেক্তর অসি শ্রীশ্যামোনা নুরী কৌবী নুপীগী কেরেক্তর অমনা শিলহনখি । মদুসু শাফু লৈনা ইফেক্তিফ ওইহনখি । খুশান্ন অসিদা - রহিমগী শক্তল্লাংখিবা থৌদাম নব, ফজুগী শক্তমদনা - বেস্ট চাইলদ আর্টিষ্ট কী মনা লৌখিবা মাস্টর মার্তিন ঙাঙোম, কবিম ওইনা শ্যামো মশামক, নুরীগী শক্তমদনা - চন্দ্রকলা শুখাম, ফতিমাগী শক্তমদনা বেস্ট এক্ট্রেস ফংখিবী সলাম মংলেম্বী, নজিমাগী শক্তমদা লিংজেলথোইবী, ওফ স্টেজদা লৈবিখিবা বেস্ট কস্ট্যুম, বেস্ট মুজিক, বেস্ট মেক কপ কী মনা লৌবিরকখিবা আর্টিষ্ট খিবিক্কী পরফোমেন্সশিং থাগৎনিংঙাই ওইখি । মসিগীদমক ইশামক্কী মাইকৈদগী তৌবিমল থংবা উৎচরি ।

২০০৯ বিঃ কেঃ ব্রাহেংবা

# ফতিমা

## অহানবা উৎপা

অহাংবা ষ্টেজ ! ময়াইদা, ওইদগী য়েৎ ফাওবদা হাংদোক হাংজিন তৌবয়াবা স্ক্রিন অমা । মদুগী মরুমদা মুং অনি, খজিকতং ব্লাংখৎপা ফম্বাক অমদা । ফমুংগী মাইওননা য়েৎথংবনা অপলোমদা ওল্লি; ওইথংবনা ডাউন লোমদা ওল্লি । পৈতক্লা থাই । মসি রহীমগী তুমফম কানি ।

তুমফম কাগী পর্দাদু থিংজিল্লি । মৈ খজিক্তং ঙানবদা, নোংঙাল্লমদাই, হকচাংগী তূ উদ্রিঙে মতমদা - DRতা নিপা অমা অজান শক্লি, DL তা রহীম লেপ্লি । অজান লোয়খিবগা নিপাদু R লোমদা চংখি । রহীমনা হান্নগী মফম অদুমক্তদা নমাজ তৌই । মৈ ঙানথোরকই । নমাজ লোইখিবগা রহীম ফ্রিজদা ফমদুনা লৈ ।

ওইরোমদগী সুলৈমান চংলকই । ইমুংলোমদগী ফজুনা তুপী অমা উপ্প-উপ্দুনা চংলকই ।

ফজু - অসলাম্মু অলৈকুম, চাচা !

সুলৈ - ৱইহেলকুম অসল্লাম !

ফজু - করি থবককিনিনা চাচা ? কৈদৌঙে য়ৌবিরকপগে ?

## ফতিমা

সুলৈ - ঙরাং থুংলবনি । ঐসু অসুম চৎথোরকপনি । নংগী অববগাসু উম্মনিংদুনা ।

মোরা অমদা সুলৈমানবু ফমহল্লি ।
মহাকসু মোরা অমদা মনাক্তা

কমদৌরিগে - ফজু নুংঙাইরিদনা ?

ফজু - অল্লাগী থৌজান্দাগী নুংঙাইজরি । চাচাদি কমদৌরিবগে ?

সুলৈ - ঐসু দুন্না কয়াদগী নুংঙাইরি ফজু । নখোয় ইমা লৈতখ্রেদগী য়ুমসে ইহাং হাংলে । নজিমাগুম মবুক তপপী নুপীদি নখোয়গী অববানা কৈদসু ফংলরোই । ফজু, ইমুং মনুংগী থবক ইনখাংদি কনানা গুরিবগে ?

ফজু - অববানা ঐগী ইমাসু শারি ; ইপাসু শারি । ইমুং মনুংগী অকুপ অতা পুম্বা অববানা হোৎনরি ।

সুলৈ - নংদি করি তৌরিবা ? অববাগী মতেং করিমত্তা পাংদ্রবরা ?

ফজু - লাইরিক তম্লিবনিনা লাইরিক ওরায়বা । করিগুম্বদা অববানা পাম্ভা নত্রগা লবুক্তা চৎথোকখিঙৈদা ঐনা য়ুম কোয়বগী থবক তৌই ।

সুলৈ - ইমুং অমদা নুপী অমা লৈবা হায়বসি ইমুংদুগী লৈতেং ওইবতা নত্তনা ইমুংদু মপুং ফহনবনি । অদুনা ফজু, নংদি করি খল্লিবগে ? (তুমিন) অরাৎপা অসি নংদি মেনখৎনিংদ্রা ?

ফজু - (নোকই, হৌগৎলগা) ওম্রোকপনিদা চাচা, ঐদি ব্রাফম

ফতিমা

অদু তাবদা খংপ্রেককতুম খংই । ঐবু অঙাং ওইমনদ্রিবরনে ? ঐদি মেত্রিক থাগদবতা মঙাইরি ।

মবানী ফ্রিজ ! রহিম হৌগৎতুনা ওই লোমদা কোইনা লাকই । মাগা হেক থেংলনগা মবানিগী ফ্রিজ মাংখি ।

রহিম - সলাম, সলাম !!

সুলে - সলাম. সলাম !!

রহিম - কদৌঙে থুংলবা ?

সুলে - ঙরাং ।

রহিম - নুংঙাইরকইদনা ?

সুলে - নুংঙাইরকই ।

রহিম - ঐগীদা লাকপনা - ?

সুলে - অসুম চখোরকপনি নংগা ৱারী শান্ননিংদুনা ।

ফজু - চাচা ! লৈবিহৌখো, ঐহাক অমুক্তা চখোক্লুখিগে ?

সুলে - ফনি, ফনি ।

ফজু ওইরোমদা থোকখি । রহিমগা সুলৈমানগা নুংশিনা কোম্নে । অদুগা মবানিমক মোরা অমমমদা ফম্নি । চুরুপ থকমিম্নে । ঙাইহাক তুমিন লৈনে ।

রহিম - মরূপ, করি হায়নিংবগে - ঐগীদা লাকপদি ?

ফতিমা

সুলৈ - নত্তে, নংবু য়ুম পান্নরোইদ্রা ? নজিমানা শিখিঙেদগী ইমুং অসি মওং অমা তৌপ্রে ।

রহিম - অচুম্বনি, মরূপ; মহাক লৈতঙেদগী ইমুংসি মওং ওনখোক্লা চাদ্রবনি । চাক থোংলে ঐ ফি শুরে ঐ, লৌ কুম্লে - ঐ ।। ফৌ ফাওবা শুরবনি । অদুবু ইমুংদি মওং তাহনবা ঙমদ্রে ।

সুলৈ - নজিমাদি অতাংবী নুপীনি । ফাগী হৈবিনি ; মবুক ফবীনি ; থৌনা ফবীনি ; ইচং থৌবীনি । অদুনা মানা শিগ্রবা মতুং অসিদা নংগী ইমুং অসি ইহাং হাংহৌরবনি ।

রহিম - (হৌগৎলকই ।) নুমিৎ অদু ঐদি শুককাও কাওবা ঙমদ্রবনি । ঐখোয় চাক চামিন্নখি । খংহৌদনা নজিমা লেকথরকখি । মীহুল লেপখি । অদুদগী ঐগী নজিমানা মাগী কবরদা পোথাখি । (তুমিন) মহাক শিদ্রি মরূপ ! নোংমা মহাক শোয়দনা হৌগৎলকখিগনি - মাগী কবরদগী । অদুগা লৈমিন্নরখিগনি - ঐগা লোইননা, তাইবংসিদা ।

সুলৈ - নংগী চোয়রোলদু লোন্নগনু রহিম ঐনা ঙসি নংগীদা লাক্লিবসি করিগীনো নং খংলবরা ?

রহিম - নংনা লাক্লিবসি ঐ খংই ।

সুলৈ - অদুদি করিগীনো ?

রহিম - নংনা ঐবু য়ুম পালহন্নিংই ; নত্রা ?

ফতিমা

সুলে - অচুম্বনি, রহিম । ঐদি ব্রাকম পুম্বা লোইশিন্নরল্লবনি ।

রহিম - অদুদি মহাক অদু কনানো ?

সুলে - ফতিমা !

রহিম - (ঙক্লা) ফতিমা ! (তুমিন) লৈশাবিরা মৌ হল্লকপিরা

সুলে - (নোক্কুনা) হৌজিকপু কদায়দগী লৈশাবি ফংখিগদগে ?ফতিমা, মৌ হল্লকপিনি ।

রহিম - (ঙক্লা) মৌ হল্লকপী ! অদুদি ময়ুম কয়ারক পাল্লবীনো ?

সুলে - ময়ুম অনিরক পাল্লুরে । মরাইবক থিরবী ফতিমানি । অহানবগী মপুরোইবদু শিখিদুনা নৌনা লূপ্পা ওইহৌই । অদুগী মতুংদা অনিশুবা নিপা অমদা লুহোংই ; নুপী য়াম্না লোনবা নিপা ওইরমদুনা নিপা অদুনসু মাবু খাইনবিরে ।

রহিম - মশক মতৌদি কমদৌবগে ?

সুলে - নজিমাদগী করিমত্তা তাথরোই ।

রহিম - নজিমা ! (তুমিন) নজিমাগা চাং তন্নবিগনু । মহাক্তা তারবদি ব্রারৌখিনি । নজিমা শিদে । মহাক পোত্থারি মাগী কবরদা । (কুইনা তুমিন লৈ ।) নত্তে ফতিমা লাক্লগা ঐগী ইখৌলাংবসি কোকহনবা ঙমগদ্রা ?

সুলে - করিগী কোকহনবা ঙমদনি । ফতিমাসু নুপীনি । নজিমাসু নুপীনি । ফতিমা, নজিমা অমত্তনি । নুপী অমগা, নুপী অমগা করি খেৎনবগে ?

রহিম - (খল্লুরগা) ফরে । ঐগী পুক্লিংগী ইখৌলাংবা অসি মানবু কোকহনগদবা

# ফতিমা

ঙমগদবা লৈরবদি নংনা হায়বা খুদিং ঐ য়ারগনি ।

ফমুং কাগী ক্লিনদু হাংদোকই । রহিমনা
সুলৈমানবু ওইথংবা ফমুংদুগী মনাক্তা
পুশিনখ্রে ।

ফমুং অসি ঐগী নুপী নজিমাগী ফমুংনি ।

সুলৈ - (ঙক্লা) নজিমাগী ফমুং ! শিঙ্খবী অদুগীদমক্তা ফমুং অসি থম্লুবগী করি কান্নরিবগে ? নজিমাসু মীনম্বনি ; ঐসু মীনম্বনি ; নংসু মীনম্বনি ; পুন্সিনা ঐখোয়বু রহিম ওইহল্লি ; সুলৈমান ওইহল্লি ; নজিমা ওইহল্লি । পুন্সিসি খায়দোকপ্পগা করি লেমহৌরিবগে ? রহিমসু মাংখিনি । সুলৈমানসু মাংখিনি । অসুন্না মাংগ্রে - নজিমাসু ।

রহিম - (য়াম্না শাথিনা) মরূপ নজিমা মাংখিদেনে । ওসি ফাওবা মহাক পোখরি - মাগী কবরদা । খোদাগী থৌজাল ফংবা নুমিৎ অমদা মহাক হৌগৎলকখিগনি - মাগী কবরদগী । অদুগা ঐগী নাক্তা - মহাক হিপ্পরখিনি - ফমুং অসিদা ।

সুলৈ - রহিম ! ব্রা অদু নংনা হন্না হন্না হায়রে । ঐ খংই - মতেক্তগী পাইদগী শাগৎতুনা য়ুম অসি অসুনা পানবা ঙন্নবা হোৎনরকখি - নজিমাগা নংগনা । ঐ খংই - করিগুম্বদসু নংনা নজিমাবু নুংঙাইহনবা

ঙমখিদরে । পুন্সিগী নুংঙাইগদবা মতাং য়ৌশিল্লকপদা মাংখ্রে - নংগী নজিমাদো ।

রহিম - অচুম্বনি, মরূপ । মাগা, ঐগনা পুন্সিগী অৱাবা কয়া থেংনমিম্নরকখি । অদুবু মহাক্তি অৱাবাশিংদুগী মঁহেদি চাবা ফংখিদ্রে । নুংঙাইতবা অৱাবা মৈচাক্লা হিংহৌরিবা ঐগী ওইহৌরে ।

সুলে পারবা লৈবাক্কী লৈরোল নংনা শিখি - নজিমাগী কবরদা । মরম অদুনা নজিমানা নংগী ৱাখলবু ওৎলি । লৈরোলদুগী মথক্তা থারবা লৈরোল কয়া শীজিল্লু । কবরদগী অমুক হন্না লাক্লরোই - নজিমাগী অশিবা হকচাংগী মুরবা শল্লাংদগী নুংশিরবা চেংহিগী মনম ।

রহিম - অদুদি লৈরোলদুদি করন্না শিগনি ?

রহিম খর চখোকখি । সুলৈমান মাগী মাইকৈ তন্না য়েংলি । তপ্না তপ্না চংশিল্লক্লুনা রহিমগী লেংজুমদা পাইরে ।

সুলে - ইনসান অসি নেশাগী লংলাতনা লোশিল্লবা লাংনি । পুন্সিসি নেশানি । ঐনা নঙোন্দা ময়াই কারবা নেশাদু পিগনি । .... অদুবু নংনা অরেম্বদা হোৎনরি - ?

রহিম - ঐনা করি হোৎরিবগে ?

সুলে - নৌরবা লৈনাশিংদুনা লৈমায়থক্তা কেল্লি । মরমদি লৈমল চল্লে । লৈমল চল্লবা লৈরাংদু লৈহি কংলে । নংনা হোৎনরি অরেম্বদা,

# ফতিমা

পুন্সিগী নেশাদু ফংনবা - শিপ্পবী নজিমাদগী, নেশা কংপ্পবী নজিমাদগী ।

রহিম - অদুদি হায়য়ু মরূপ, কদায়দগী ফংগনি - ঐনা নেশাদু ?

সুলে - ফতিমা । ময়াই চেল্লবী ফতিমা । থকউ নেশাদো - ফতিমাগী থাজগুল্লবী মাইথোংদগী । অদুগা থারবা লৈরোল কয়াগী মখাদা ফুমজিন্দুনা থমখ্রো - নজিমাগী কবর ।

রহিম - মদুবু ওইখোকপা য়াবা থবক্লা ?

সুলে - করিগী ওইখোক্তনি । ওইখোক্কনি, মরূপ !

রহিম - থাজদে ।

সুলে - রহিম .... .... .... .... ????

মৈঙাল মমথখি । মন্নঙৈদা ফমুং কাগী স্ক্রিন চিংশিনখি ।

---

# অনিশুবা উৎপা

মৈ ঙানথোরকই ।

[ফজু, করিম চংলকই । ফিদা অমদা করিমবু ফমহল্লমী ।]

ফজু - ওজা ফম্বিরমখো ।

[ কা অমাদা চংঙুরগা থুনা থোরকই ]

ওজা ঐখোয় অববাদি চথোকখিমাল্লে ।

করিম - কদায়দা চৎলমগনি ?

ফজু - লবুক্তা ঈশিং-মাইশিংগী মওং য়েংবা চৎথোক্লমগদবা মাল্লি ।

রহিম - কূমশিদি লৌ-শিং করম তৌবগে ?

ফজু - য়াম্না ফরি হৌজিক ফাওবদি ।

করিম - করি, করি ফৌ থারিবগে ?

ফজু - লৌ শঙম অমদা আই. আর, টুয়েনটিফোর থারি । শঙম অমদনা রত্ন থারি । অতৈ লৌফমদনা ফৌরেন ঙাক্তা থাই ।

করিম - হোরেন হৌজিক্কী মতম অসিদা গ্রীন রিভোল্যুসন হায়দুনা চাথোক হেনগৎহন্নবগী লৈবাক্কী ঈহৌ অমদা লাকপসিদা ঐখোয় খুদিংমক্না পোথোক য়াম্বা ফৌসি য়ারিবমখৈ থাবা ফরে । নখোয়গীদি ডবল ক্রোপিং তৌদ্রা ?

ফজু - ঐখোয়গীদি মীরোল লৈত্রে হায়দুনা তৌদ্রে ।

মবানি ব্রারী শান্নরিঙেদা করিম য়োৎপাক
অমা পায়দুনা লৌবুক্তগী কারকই ।

রহিম - ওজা ! করি থবক্তিনো ?

করিম - তাদবু উম্নজনিংদুনা লাকচবনি ।

রহিম - ইবুংঙো, ফন্নমখো । ফজুগা ঙাইহাক ব্রারী শান্নরমখো । ঐহাক য়োৎসি থন্নুখিগে ।

[ কা অমাদা চাংখি । ]

করিম - ইমাসু লৈত্রবনিনা ফৌও চাকথোংদি কনানা হোৎরিবগে ?

ফজু - ঐনসু মতৌই, অববানসু মতৌই । অমরোমদা য়ান্না নুংঙাইরবসু নুপী য়াওদবনিনা ইমুং অসি ইনান নানবা ঙমদে ।

করিম - ইমুংসিদা নুপী অমতং থন্নবগী ব্রাকমদি করিমত্তা লৈত্রবরা ?

ফজু - খংদেদা ওজা, চাচা সুলৈমান্না ঐবু লুহোংনবা হায় । অসুক অঙাং ওইরিবা ঐনবু করন্না লুহোংগদৌরিবনো ওজা । অদুনা ঐদি অববানা অপাম্বদুতা তৌবিরো হায়জরবনি ।

করিম - হোয়, মদুসু খন্নবা য়াবা ব্রাফন্নি । নংদি লৌউ - শিংউবদি য়াওদ্রা ?

ফজু - মদুসু অববানা য়াওহন্দে । অববাদি য়ান্না ব্লারবনি । অদুগনে ওজা, ঐহাক্কী টিউসন তৌবগী ব্লাফমদুসু অববা থোরক্লগা লোয়শিন্নরসি ।

করিম মদুগী ব্লাফমদু নখোয়গী অববানসু অতৎতত্তনা উনবা খুদিং হায়রিবনি । ঐসু মেন অমত্তা তাথোক্লবা ওমদে ।

রহিম থোরকই, ফক অমা পুথোরকই, ফক অদু থারগা ফম্মী ।

রহিম - ওজা, করি থবক্কিনো ?

করিম তুমনৌ খর য়োনগনি তায় । ঐসু তুমনৌ খর দরকার ওইদুনা লৈগে লাকচবনি ।

রহিম - (ফজুদা) ফজু, ওজাগী চুরুপ নুংলুপ পিথকত্রবরা ?

করিম - য়ারনি । য়ারনি । ঐগী য়াওজরি ।

রহিম - ওজাগী য়াওরকপনা য়াওরকপনিদনা । ঐখোয়গীদা লাকপনিনা য়ুমথুংলবশিংগী সেবা তৌবা ঐখোয় য়ুন্নুগী মথৌনি । (ফজুদা) চৎলু ফজু ওজাগী চুরুপ - ।।

[ফজু চংখি ।]

তুমলৌ কয়া য়াম্বনো ওজানা পাল্লিববো ।

করিম - য়ামদে ঈ-পোৎ চাম্মদনি ।

রহিম - লৈনি । লৈনি । লৌবিয়ু, লৌবিয়ু ।

করিম - মমলদি কমদৌবগে ?

রহিম - ওজানা পিফম থোকই হায়দুতা পীরগা য়াগনি ।

করিম - মসিগী মমল খুঙাংনসিনিসে য়ন্না ৱারিবসে । অদুবু হয়েংলা হাংচিৎলা গাড়ী অমা পুদুনা লাকচরগে ?

ৰহিম - ফগনি ওজা ।

| ফজু থোরকই, করিম অমসুং ৰহিমদা চুরুপ পী । অদুগা ৰহিমদা -

ফজু - অববা ঐগী প্রাইভেত ট্যুইসনগী ৱাফমদু ওজা লাকলিঙৈসিদা লোয়শিন্নবরো ।

ৰহিম - ওহো, ঐসু মদুতা খন্দুনা লৈরিবনি । ওজাসু তাবিরী। কমদৌসিগে ?

করিম - য়ারে । ঐসু শংলে ।

ৰহিম - কৈদৌঙৈ হৌসি হায়বগে ?

করিম - হায়েং ওইরবসু, হংচীৎ ওইরবসু ঐদি ইয়া য়ারে ।

ফজু - হয়েংদৈ হেক্তা হৌসি । মতম অসি লৈশিন্নক্তরে ওজা ।

করিম - ফরে হৌরসি ।

ফজু - শোয়দ্রবনিকো - ওজা ।

করিম - শোয়দ্রবনি । (ৰহিমদা) অদুদি তাদ ঐসু অমুক -

ৰহিম - ফগনি ওজাবু । অদদি ফজু ওজবু খর থিন্দোকপিরু ।

করিম - তাদ চৎচরে ।

ৰহিম - ফগনি, ফগনি । ঐসু অসুম লৈজহৌরে ।

করিম - খুদা হাফিজ ।

রহিম - খুদা হাফিজ ।

ফজু করিম থোকখি । রহিম থরাই নুংঙাইতবা রাখল অমাদা লৈহৌই । মতমসিদা সুলৈমান চংলকই ।

রহিম - লেংশিনবিরকউ । লেংশিনবিরকউ ।

রহিমনা সুলৈমানবু ওকই । অদুদৈ রহিমসু সুলৈমানসু ফিদাদা ফমথনখি । ঙাইহাক তুমিন রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে ।

সুলৈ - রাফমদুগী মরমদা নহাক্না করি খল্লিবগে ?

রহিম - কবরদা পোথাদুনা লৈজবী মাবু থারবা লৈরোলগী মথাদা ফুমজিল্দুনা থমখ্রবদি ঐগী অহাংবা পুক্নিং অসি করম্বা মতমদা শান্তিগী তুংনফম ওইগদগে ? ঐগী রাখলনা লাম্বা ফংদে ।

সুলৈ - লৈবাক্কী কবরদা পোথাই নংগী থমোয়দা ঈথৌলাংবগী কবর অমা লৈ হায়বদি নংদি খংদে ।

রহিম - ঐগী থমোয়দা ।

সুলৈ - মাম্নি, নংগী থমোয়দনি - লৈ ঈথৌলাংবগী কবর অমা । কবর অসিদা পোথারিবদু কনানো হায়বসু নংদি খংদে ।

রহিম - অদুদি কনানো ?

সুলৈ কবরদুদৈ হৌগৎলকখি ঙক্লবা মুর্ত্তি অমা । মুর্ত্তি অদুগী মশক মওং সিনি

হায়বা অমা লৈতে । মদুনা ওইখি নজিমাগী মুর্ত্তি । অদুদগী নংগী পুক্লিংগী অহাংবা মাংখি । রহিন, নংঙোন্দদি মুর্ত্তি অদু নজিমানি । তশেংবদি ঙক্লবা মুর্ত্তি অদো নজিমা নত্তে ।

রহিম - অমুকসু নজিমা নত্তবা ! অদুদি করিনো, কনানো ?

সুলে - ঙক্লবা মুর্ত্তি অদো নংনা নজিমাগুম উরিবদুনি । অদুবু মদু নজিমা নত্তে । ফতিমাসু নত্তে ।

রহিম - অদুদি কনা অমুক ওইবা তাববা ?

সুলে - মদু ঐ খংদে । ঐনা খংবদি অসিতনি - মদু ঙক্লবা মুর্ত্তিনি । ঐনা মদু করিনো হায়বা নংবু খংহনবা ঙম্লব্রা ঐ মী ওইবগ্রোই ওইরমগনি খোদা মশামক । অদুবু ঐদি মপুংফারবা খোদা অদু নত্তে ।

রহিম - চয়েৎনরবা ব্রাণ্ডাংশিং ফোংদোক্লিবা নহাকপু কনানো ?

সুলে ঐদি পঙলবা মীওইবনি । মঙলাক্লনা মঙলাক্লরেদি খংলগা ফোংদোকপদি ঙমদ্রবা । ঐগী লৌশিংদি অল্লাগী লোয়বা খম্বা নায়দ্রবা লৌশিংদুগী কুম্পাদগী কুপগ্রবা বিন্দূদী বিন্দূনি । ঐনা শিনি হায়, মদু মপুং ফাদে । মরমদি ঐনা লোয়নমক উবা ঙমদে ; লোয়নমক খংবা ঙমদে ।

রহিম - ফরে, অদুদি নং ঐঙোন্দগী করি পাম্মী ?

সুলে - করিসু পামদে ।

রহিম - করিসু পামদবা ?

সুলে - পামদে । ঐদি নঙোন্দা পিবদুম পান্নী ।

রহিম - ঐঙোন্দা পীবা । করিনো - নংনা ঐঙোন্দা পিগদৌরিবা ।

সুলে - ফতিমা !!!

রহিম - (খংবগুম) ফতিমা !!! - (তুমিন) অদুবু ঐগী নজিমাদি শিদ্রি - পোথারি মাগী কবরদা ।

সুলে - শিখ্রে !!! নজিমা শিখ্রে !!!

রহিম - শিদ্রি । সুলেমান ।

সুলে - শিখ্রেনে !!! রহিম ।

রহিম - শিদ্রিনে, সুলেমান, ঐগী নজিমা হিংলিনে ।

সুলে - শিখ্রে - নংগী নজিমা । অশিবা, নজিমাগী লৈবাক্কী কবর, কূপশিনখ্রো থারবা লৈবোননা । হাংদোক্লো নংগী থমোয়গী ঈথৌ লাংবগী কবরদো । পুথোরক্লো গুক্রবা মূর্ত্তিদো । অদুগা তিনহনখ্রো গুক্রবা মূর্ত্তিদুগা ফতিমাগা । অদুদগী লৌশিল্লসি, রহিম নংগী ওইনা ফতিমাবু ।

রহিম - (পংথরবা মীগুম) ঐগী ওইনা ফতিমাবু ?

সুলে - মান্নি, নংগী ওইনা ফতিমা । মান্নি, রহিম নংগী ফতিমানি । ফতিমা নংগীনি ।

রহিম - ফতিমাবু ঐগী ?

সুলে - মান্নি, নংগি ফতিমানি । ফতিমা নংগীনি ।

রহিম - ফতিমাবু ঐগী -

ফতিমা

সুলৈ - ফতিমা নংগীনি রহিম । ...........

রহিমবু সুলৈমান্না শুক্কথখ্রে । মবানি ব্রাহৈশিংদু অসুম অসুম শোল্লদুনা থোকখ্রে । অসুন্না মৈসু মমথখ্রে ।

---

# অহমশুবা উৎপা

ফজু মমৈ মকোক ওনথোক্লুনা ফক্তা য়ুংদুনা লৈ। মোরা অমদা করিম ফল্লি ।

করিম - সংসারসিদা লৈরিবা পোৎশিংসি করি ওইনা উই ?

ফজু - মথক মথা ওম্নোক্লুনা লৈবা উই ।

করিম - মদুগী মরম খংবরা ?

ফজু - খংজদে ওজা ।

করিম - মরমদু খংদবা ?

ফজু - খংজদে ওজা ।

করিম - ঐ হায়গে তাও ।

ফজু - তাকপিয়ু ওজা ।

করিম - মদুগী মরম নংতনা খংই । মসিনি ঐনা নঙোন্দা তাক্কদবা ।

ফজু - মসিগী মরম ঐহাক্না খংদে । মসিগী মরম ঐহাক্না খংদ্রি হায়বা ঐহাক খংজরে ওজা ।

করিম - অদুদি নোংমা শোয়দনা খংলকখিগনি । নহাকপু য়ান্না ব্রারব্রাও ?

ফজু - য়ান্না ব্রারে ওজা ।

করিম - ফরে তোক্লো ।

[ফজু য়ুংবা তোক্তুনা ফক্তা ফম্মী ।]

করিম - ফজু ।

ফজু - ওজা ।

করিম - মিনিট অমতং ঐখোয় অনি ব্রা ঙাংদনা লৈবা ঙমব্রা য়েংসি ।

ফজু - য়েংসি ওজা ।

করিম - ঐনা 'ফজু' হায়না কৌরকপদা নংনা ওজা হায়না খন্নকউ । ঐহাক ঘড়ী য়েংগে । মিনিট অমা ! খংলব্রা ? রেদি, ব্রান, টু, থ্রি ।।

[মবানী মিনিট অমা তুমিন্না লৈ ।]

করিম - (খংপ্রেক থঙহন্দুনা) ফজু !

ফজু - (খঙনা) ওজা !

করিম - মিনিট অমখক্তু ইবানী ব্রা ঙাংদনা লৈবা ঙমখিব্রা ?

ফজু - ঙমখিনা ওজা ।

করিম - (লাওহৎতুনা) ঙমখিদে ।

ফজু - মরমদি, ওজা ?

করিম - মরম লৈতে । নংনা ব্রা ঙাংই নপুক্লিংদা খল্লি মওল, মওল ।

ফজু - মিনিট অমখক্তু ঐনা পুক্লিংদা ব্রা ঙাংই । অদুবু খোজেন্না ফোংদোকখিদে । মদু ব্রা ঙাংদবা হায়না কৌরোইদ্রা ওজা ?

করিম - কৌরোই ।

ফজু - মরমদি ওজা ?

করিম - মরমদি নংনা তৌরিবা থবক্তু নংগী হকচাংনা ঙাংই । কাম্নদে, ফজু ! হৌগথশি । (অনিমক হৌগথলি ।)

ফজু - করি তৌশিগে ওজা ?

করিম - থোকশি অহাংবা জগা অমদা । (মফম চাবা অমদা মবানি থোকখি ।) ইবানি চৎশি । (চৎলি) অমুক লেপসি (মবানী লপ্পী । ) অমুক চৎশি । (অমুক মবানী চৎলি ।) অমুক লেপসি । (মবানী লেপ্পী ।)

করিম - লেপ্পগা চৎপগা করি থেন্নে ?

ফজু - থেন্নে ওজা !

করিম - করন্না ?

ফজু - ওজা লেপপনা লেংদনা লৈ । চৎপনা হকচং অসিগী লৈফম হোংদোকই ।

করিম - য়ান্না চুন্নে । অদুবু হন্দক্তি, নং নখোং নাম্মা থাঙ্গৎতুনা লেপ্পু ।

[ফজু মখোং নাম্মা থাঙ্গৎতুনা লেপ্পী ।]

ফজু, নংবু লেঙ্গুনা লৈব্রা ?

ফজু - লৈ, ওজা ।

করিম - লৈতে ।

ফজু - করমনা ওজা ?

করিম - মদু নংতনা খংই ।

ফজু - খংদে, খংদে ওজা ।

করিম - মীনম্বনি।

ফজু - মীনম্বনি নত্তে, অশেংবনি ; অচুম্বনি ওজা ।

করিম - নং কয়াম কুইনা অদুন্না লৈবা ঙমগনি ?

ফজু - পংকুই কুইথবা ঙম্লোই ওজা ।

করিম - মরমদি ?

ফজু - মরমদি ঐহাক ব্বারক্কনি । হকচাং চোকথরক্কনি ।

করিম - অহানবদা নং ব্বারমদে । অদুদৈ অসুম অসুম ব্বারক্কনি । চোকথরক্কনি । মমৈথংদা নহাক তুথরক্কনি । অদুদগী নং চাক ঈশিং করিমত্তা পীজ-পীথক্লরোই । নং শিগনি ; মমৈথংদা নংগী হকচাং পংখিনি । পুমখিনি । ফজু, অদুনা নং মিকুপ অমত্তা লেপ্পুনা লৈতে খংলব্রা ?

ফজু - খংজরে ওজা ।

করিম - অদুদি ফমলো ।

[মবানি মমায় ওশিন্নদুনা ফম্মী । করিন্না ফুরিংখাওদগী মৈখেং লৌথোক্লগা খেথল্লি ।]

চাক্লিবা মৈরি অসি নং উবরা ?

ফজু - উই ।

করিম - মৈরি অসিমক নংনা উদে । ঐসু উদে । অদুবু মৈরি অসিগী মমিদি তায় ঐগী মিৎকী লিক্লিদা । অদুবু ঐহাক্তি মৈরি, অদুমক নম্রবসু মমিদি উই । নংদি মমিসি উবরা ।

ফজু - ঐহাক করিমতা খংজদ্রে ওজা ।

করিম - অদুদি নহাক নমিৎ মপুং ফানা উদ্রিবা অঙাংনি । হৌজিক P.T. তৌবতাই ।

[করিন্না কমান্দ তৌরগা ফজুনা P.T. তৌই ।]

ফজু - করিগীনো ওজা ঐহাকপু P.T. তৌহল্লিবা ?

করিম - লম্বিসি নুংঙাইনা চৎখিনবনি । লম্বিদা থিংদুনা লৈরম্বা মী ঐখোয়না নেৎখায়বতাই । শেগাইদুনা চাগদবনি । মদু ঙন্নবা হকচাং থাকপা দরকার ওই মদুগীদমক্তি ।

ফজু - মদু নত্তবা উপায় অমা লৈদ্রব্রা ?

করিম - লৈত্রে । ঐখোয় হিংননবা লাম্লেংনবতাই । মসিগীদমক সয়তানশিংগী মথবাক শেগায়দুনা ঈ ফাওবা থক্কদবনি । মমিৎয়ুংবশিংদুগী মমিৎ কোৎথোক্কদবনি । ফজু । অহিংবা ঐখোয় পুন্সিগী খোংচত্তা চৎলিবনি । অদুনা ঐখোয় পুম্বা পুন্সিগীদমক মতিক চানা শেম শাদবা য়াদে । লাও মৈতৈশিংগী মুকনা ইবানি তম্সি । ফজু লাওনে ইবাম্নি মুক্না শাম্নসি ।

মবানি মুক্না শাম্নে । করম্না লৌ খর
তম্বী । মবানী খর মুক্লে, অমন অমবু
থাদনবা গুমদে । অদুদৈ মবানী মখোং
য়েংশিন্নরগা ভাবোক্লোমদা খানা
য়েংই ।

মবানীমক - নখোয় তুম্মু । নখোয় তুম্মু । ঐখোয়দি হৌগৎলে । ঐখোয়দি
হৌগৎলে । নখোয়দি তুম্মু । অদুম তুম্মু ॥

মৈ মমথখি । মন্নিঙৈদা তুমফম কাগী
স্ত্রিন্দু হায়দোক্লুনা লৈরম্মী ।

---

# মরিশুবা উৎপা

নুমিদাং

মশা নাম্না রহিম চংলকই । মতুংদা মকোক খুন্নদুনা ফতিমা তপ্পি তপ্পি
ইম্নরকই । মতুংদনা সুলৈমানসু চংলকই । সুলৈমান্না মাংদা থাগৎলগা
ফতিমাবু ফমুংদা ফমহল্লি ।

ফতিমা

সুলে - ফতিমা ! খোদানা থৌজালবিসনু নখোয় অনিবু । লেমহৌরিবা পুন্সিসি রহিমগী য়ুমসিদা নুংঙাইনা পাল্লুকো ফতিমা (রহিমদা) অদুগা রহিম ! ফতিমাসি মরাইবক থিরবিনি । (তুমিন) ফরে, অদুদি ঐহাকসু চথলে ।

রহিম - সুলেমান ।

সুলে - ঐহাক চথলে । (থোকখ্রে) ।

রহিম তৌফম খংদনা লৈহৌই, অসুন্না লৈরুরগা ফতিমাগী নাক্তা ফগ্রে । ফতিমাগী মকোক্তা খুন্নিবা ফি অদু হাংদোক্লুনা মায়থোং অদু ভাবোক্তা উহল্লি ।

রহিম - ফতিমা ! (মুন্না য়েংনৈ, ব্রা ঙাংনদে ।) ঙসিদগী নহাক রহিমগী ফতিমা ওইরবনিদো - নং ঐবু নুংশিদ্রনে - ফতিমা ? (ফতিমাগী মাইথোংবু তপ্না তপ্না থাদোকই । ফতিমা ইকাইবনা করিমত্তা খুমদে, কপই । ) নং ঐবু নুংশিদ্রনে, ফতিমা ?

রহিম হৌগথলি । থর চথলি, নজিমাবু লিংশিংলকই ।

রহিম - নং ঐবু নুংশিদ্রবনে ?

ফতিমা খুমদে, কপই । রহিম অমুক চংশিল্লক্লুনা মনাক্তা ফগ্রে । ফি মচি অমনা মগী তৈথোকপী ।

ফতিমা

ফতিমা, নহাক নরাইবক থিরবিনি অদুনা নহাক্না কপ্লিবনি। নত্রনে ?

[রহিম নাত্রংননা দৌগৎতুনা চৎলি ।]

নংগী মিৎলুদগী শিঙ্করকপা পিরাংদো কনাগীদমক্তনো হায়বদো ঐহাক খংদে । ঐগুম্বনি নংসু । নংগী মিৎলুদগী পিরাং উরগা ঐগী মিৎলুদগী পিরাংসু থিংবা ঙমদেনে ফতিমা । নংগী নুংশিরবা নপুরোইবনা মাগী ফতিমাবু থাদোক্লমলগা পোথারমগনি মালেমগী কবরদা । মাম্নি, মীকুপ অসিদা নংনা লিংশিংলমগনি নংগী লুহোংবগী অহিংদো । ঐসুনি ফতিমা । ঐগী নজিমাবু নিংশিংলকই । (খল্লুরগা) কবরদা পোথারি ঐগী নজিমা (হৌনা) শিদে নজিমা । নজিমা শিদে । ........

রহিম ; মাগী ফমুংদা চংশিনখি । মবানিমক মাগী, মাগী ফমুংদা হিপ্লখি । মৈ খজিক, খজিক, মমথখি । ফমুং অমমমদা ফতিমা, রহিম তুল্লি । মপান্দগী বুর্খা উপ্তুনা নজিমা চংলকই । ফতিমাগী মনাক নকশিল্লকই । ফতিমানা নাত্রংননা য়েংই । নজিমানা মাগী তুংদা ভাবোক্রোমদা ওনশিন্দূনা লেপ্পী ।

ফতিমা - নহাক কনানো থেংলবা অহিং অসিদা ?

নজিমা - নংদি কনানো ঐগী ইয়ুমদা নিংঙাইদনা লৈথোক্লিবা ? থেংলবা অহিং অসিদা ঐগী ইপুরোইবগা য়াইরেকমিন্নরিবা ?

ফতিমা - অদুদি নং নজিমা ।

নজিমা - মান্নি, ঐ নজিমানি ।

ফতিমা - করম্না ? নজিমাদি শিগ্গ্রবনি চহি খরগী মমাংদা ?

নজিমা - ঐ শিদে - হিংলি । অদুবু ঐনা পোথাই অমুক্তা মালেমগী কবরদা, অমুক্তা ঐগী ইপুরোইবগী চাক্লবা থম্মোয়গী কবরদা । অদুগা নহাক্তি কনানো ?

ফতিমা - ঐদি ফতিমানি ।

নজিমা - ফতিমা !! নংদি মফম অসিদা করি তৌরম্লিবা ?

ফতিমা - ঐসু থিরকপনি - নুংশিবা । লাক্লবনি শাংলবা পুন্সিগী লমশাং কংলবা লৈকংলা থক্তা । থিরকপনি - পুক্লিংগী মরূদ্যান ।

নজিমা - ফতিমা ! নং লাকই - নত্রা, পুক্লিংগী মরূদ্যান থিবা ? মদু নংনা মফম অসিদা ফংগনি হায়না খল্লিব্রা ?

ফতিমা - ফংগনি, ফংলোই, মদুগী থৌশাবা ঐঙোন্দা লৈত্রে । ঐদি নিংবা কায়রবী ফতিমানি । অসিমক্তদা, ঐনা থাজে - রহিমগী ব্লারবা হাংহৌরবা থমোয়দা - ফতিমাগী চংজফম ফংগনি হায়না ।

নজিমা - (নোক্লুনা) রহিমগী হাংহৌরবা থম্মোয় ?? ওয়োকপনি ফতিমা ! নহাক অসি ওয়োক্লসু নরাইবক থিব্রে ? অব্লাবনি ! রহিমগী থমোয়দা অহাংবা লৈতে ।

ফতিমা - মরমদি ?

নজিমা - ঐহাক শিবা নত্তে । পোথারি চুন্না, মালেমগী কবরদা । ঐহাক হিংলি - রহিমগী থমোয়গী কবরদা ।

ফতিমা - মিনঘনি । ওইথোক্তবনি - নজিমা ! খংউ ! রহিম ঙসিদগী ঐগী ইপুরোইবা ওইরবনি । মহাক্কী থম্মোয় ঐগীনি ।

নজিমা - তৌঙমবী ফতিমা ! ঐগী রহিমবু, নংনা ঐঙোন্দগী মুনগে খনগনু ।

ফতিমা - ঐনা মুনবা নত্তে । রহিমনা পিরকপনি মাগী থমোয় - খুদোল ওইনা, ঐঙোন্দা । নংগী চংজফম লৈব্রে নজিমা । নংদি অশিবনি হনখ্রো জনত্তা । অহিংবা ঐখোয়দা অমুক ওৎগনু ।

নজিমা - কবরদা নিংঙাইদনা পোথরিবা নংগী নপুরোইববু নংনা কাউথোক্লগা নয়ুম অমুক পাল্লুরে । অদুসু খাইনবিরক্লে । মদুনসু অমুক পেন্দ্রদুনা নংনা মফমসিদা লাক্লে । অদুগা ঐগী ইপুরোইববু নংনা মুনগদবগী থৌরাংলি ?

ফতিমা - (শাওনা) নজিমা !

নজিমা - নংগুম্বগী পুকচেল চেন্দে ঐগী ইপুরোইবদি ? চৎখ্রো খুদক্তা - মফমসি থাদোক্তুনা । (ব্রো ঙাংনা ঙাংনা - তুন্নিবা রহিমগী নাক্তা থমোয় মপাদা তপ্না তপ্না ফমথখি ।) ঐহাক পোথারগে, ঐগী ইবুংঙো চাক্লবা থমোয়গী কবরদা । চৎখ্রো চৎখ্রোনে - ফতিমা !

ফতিমা - নজিমা ! অশিবী ! হিংদ্রবী ! নং ঐবু ওৎকনু ! ঐদি অহিংবনি । অশিবনা অহিংববু ওৎকনু !

নজিমা - হিংই হায়বগী, চাওথোক্কনু ফতিমা ! চৎখ্রো খুদক্তা মফমসি থাদোক্তুনা । নম্রবদি নংসু ঐগুন্না শিগনি ।

ফতিমা - চাওথোকপা নত্তে, হিংই, হায়বগী । নজিমা ! হায়জরি নংগী নফমদা । ঐনা থমোয় শোক্লা নিজগে । রহিমগী থমোয়গী মচি অমদা - ঐগী লৈফম খজিক্তা ওইরবসু পিরোইদ্রা ? নংসু লৈযু ; ঐসু লৈগে ।

নজিমা - মদু য়ারোই । থমোয়দা - নুংশিবগী লৈফমদি অমখক্তা ওইহনগদবনি । ঐতনি - রহিমনা নুংশিজবা, মানা কাওগুমদবা মাগী থমোয়, ঐ ইথক্তাগী লৈফন্নি । নংগী লৈফম লৈতে, চৎখ্রো - ফতিমা !

ফতিমা - ঐ চৎলোয় ! ঐনা অহিংবনি, নংনা অশিবনি । ঐ চৎলোয় ; নজিমা ।

[নজিমা ফতিমাগী মনাক্তা লাকই ।]

নজিমা - (ফিনুংদগী থাং শৎপগুম) নং মসি উদ্রা ? থাং অসিনা নংগী থমোয থুন্না থিংজিনগনি । নংসু পোথাহনগনি মালেমগী কবরদা ।

থাংনা থিনবগী অকিবা পিরকই । ফতিমা কিকনা থক থক নিকই ।

ফতিমা (অখোক অরাওননা) ইমা !!!

লাওবা তাবদা রহিম হৌগৎলকই । নজিমা থোকখি ।

# ফতিমা

রহিম - কৈদৌরবগে ? কৈদৌরবগে - ফতিমা ?

ফতিমাগী নাক্তা, ফতিমাবু থেমজিন্নি ।
ফতিমাদি হিগ্না হিগ্না কপ্লি ।

হায়য়ুনে, ফতিমা, নংনা কপ্লিববু করিগীনো ?

ফতিমা - য়ান্না কিরবা মঙ অমা মঙলুরে ।

রহিম - করি মঙনো ?

ফতিমা - মঙলা, তায়বংলো হায়ফম খংদে ।

রহিম - হায়য়ুনে - করি তৌরবগে ?

ফতিমা - কবরদগী নজিমা হৌগৎলকখি । অদুগা ঐগী নাক্তা লাকখি । মানা হায়খি - রহিমগী থমোয়দা ফতিমাগী লৈফম লৈতে । অসুন্না মানা ঐবু তানখি ।

রহিম - করিগী তাল্লিবনো ?

ফতিমা - খংদে করিগীনো হায়বসু । মানা হায় - নুংশিবগীদমক্তদি থমোয় অসি মীশক অমথক্তগী ওইগদবনি । রহিমগী থমোয়দি নজিমাগী লৈফমনি । ঐনা মঙোন্দা হায়জখি - ' নজিমা, রহিমগী থমোয়গী মচি অমদা ঐগী লৈফম খজিক্তা ওইরবসু পিয়ু ! নংসু লৈয়ু ঐসু লৈগে । ' মদুনা মানা য়াখিদে । ঐবু তানখি - মফমসিদগী ?

রহিম - অদুদৈ করি তৌরবা ?

ফতিমা - ঐনা হায়খি - ঐ চৎলোয় ! মহাক শাওখি । থাং অমনা ঐগী থমোয় তন্না থিনগে তৌখি । অদুদৈ ঐনা অখাক অরাওননা লাওখি ।

রহিম - মঙনি । মদু মঙনি ফতিমা ! সে ! নুংঙাইনা পোখাবো । তুম্লো নিংঙাইদনা । ঐসু তুম্নুরগে ।

ফতিমাবু হিপথহল্লগা রহিম মাগী ফমুংদা হিপথখি । মবানিমক তুমথখি । মৈঙালদু খজিক খজিক মমথরকখি । মতম অসিদা মমাই ফাৎপা বুর্খাদু অদুম উপতুনা নজিমা তপ্পা তপ্পা চংলক্লগা লোংনা হিপ্লিবা রহিমগী খোং অনিগী মরক্তা মখদাং থমদুনা ভাবোক্লোমদা মমায় উৎলি । খুয়াদা নিংঙাইদনা ফমদুনা লৈরম্মী - খজিক খজিক অমুক ঙানথোরকপদা ।

রহিম - কনানো ?

নজিমা - নুংশিবা ! ঐনে - নংগী চান্নথোইরবী নজিমানে ?

রহিম - নজিমা !

নজিমা - চান্নবা !

রহিম - নহাক হৌগৎলক্লবনিনে - কবরদগী । হায়য়ু, নহাক ঐঙোন্দগী কবি পাম্বগে ?

নজিমা - ঐগীদি করিমত্তা দরকার লৈতে । অদুবু অপাম্বা অমথক্তি লৈ ।

ফতিমা

রহিম - ঐনা হৌংলিবসু নংগী অপাম্বদুনি । হায়য়ু নজিমা নং করি পাম্বগে ?

নজিমা - কদায়দনো ঐগী পোথাফম ? তাকপিয়ু গুসিদি ?

রহিম - নংগী পোথাফমদি ঐগী থমোয় অসিনিনে - নজিমা ।

নজিমা - ঐবু মিনম্বিগনু । তাকপিয়ু কনানো ফমুংসিদা নিংগাইদনা পোথারিবসে ?

রহিম - ফতিমা ।

নজিমা - ফতিমা ।। (রহিমদগী থাপতোকখি) অদুদি নহাক্কী নজিমাবু কাওবিব্রবা । অদুনরা নহাক্লা ঐগী কবর মথক্তা থারবা লৈরোল কয়া শীগে থৌরাংলিবা ? (ভাবোক্তা) অসিরা - অহিংবা নথায়গী শাজৎ ? নখোয়গী নুংশিবা ? (রহিমদা) খংউ রহিম । ঐখোয়দি নিংগাইদনা কবরদা পোথারবসু, নুংশিব্রবা অদুদি অদুম নুংশি লোয়বা খম্বা লৈতনা । অহিংবা নখোয়দি অসিগুম্বা অশেংবসি লৈত্রবা ? অদু ওইরবদি অহিংবা হায়বসিবু অমোৎপ্রা নস্রগা নমথাক্লা ?

রহিম - নজিমা । নংগী ব্রাখল অদু লাল্লে ; শাথিনা লাল্লে - নজিমা । অহিংবশিংগী রাহৈ, লোল, ব্রাখল, থবক - অমোৎপমক্তনি । অদুবু অহিংবশিংগী থমোয়দি মদু নত্তে । য়াম্না শেংই ; অমোৎপা য়াওদে ; নমথাক য়াওদে ; মসিদি লৈফম্নি - অল্লাহ তাল্লাগী ।

নজিমা - নমথাক্লি, নমথাক্লি, রহিম, অহিংবশিংগী রাহৈ, লোল অমসুং থবক

করিসু মোত্তে ; নমথাকসু নত্তে । নমথাক্তি অহিংবশিংগী থমোয়নি । মোথলিবসু মসিনি ।

রহিম - মীওইবগী থমোয়দি অমকপা লৈতে ; নজিমা ।

নজিমা - মীওইবগী থমোয়দি অমকপনি ; রহিম ।

রহিম - অরানবনি, নজিমা নংগী ব্লাহে, অর্থ ।

নজিমা - অদুদি করিগীনো নংনা অশিবা নজিমাবু নমথাক তৌদুনা ফতিমাবু নুংশিরিবা ?

রহিম - ঐ ফতিমাবু নুংশিদে । ঐনা নুংশিবদি নংতনি - নজিমা । নুংশিবা অসিদি অশেংবনি ; অচুম্বনি ।

নজিমা - নংনা ফতিমাবু নুংশিদে হায়বা ! অদু অইরবদি নহাক্না ফতিমাবু নমথাক তৌবিরবা !

রহিম - নেশা ! অশিবনা খংদে, নেশাগী অর্থ ! ওইদবা, নমথাক, মীনল্লা, চীরোল লোয়না নেশানি । পুন্সিনি - মসে । অশিবা নখোয়না খংদে । অদুবু নেশানা থানা য়োমশিনখ্রবা অহিংবশিংগী থমোয়দি অশেংবনি ; অচুম্বনি

নজিমা - নংসু য়োমশিনগ্রবা নেশানা । নংগী থমোয়সু থানা য়োমশিনখ্রবা নেশানা । অদুদি নং শা ওল্লেঃ সয়তান ওল্লে ।

রহিম - নজিমা !!!! (অখাক অরাওননা লাওরকই ।)

| ফতিমা হৌগৎলেকই । নজিমা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা থোকখি । ফতিমা, রহিমগী নাক্তা চংশিল্লকই ।

# ফতিমা

ফতিমা - রহিম ! করি তৌরবগে ?

রহিম - ফতিমা । নজিমানা ঐবু শা ওল্লে - হায়খি । মানা ঐবু হন্না হন্না লরুখি । ঐগী চিনথক্তা মানা খুমখি । অদুদৈ ঐনা মাবু চৈখি । ফতিমা, ঐহাক হৌজিক্তা নজিমাগা ব্রারী শান্নখি ।

ফতিমা - মদু মগুনি রহিম ।

রহিম - মগুলা তাইবংলা হায়ফম খংদে । অদুবু ফতিমা, মগু ওইরবসু তাইবং ওইরবসু মসে ঐগোন্দদি ওইদবদি নত্তে ।

ফতিমা - অসুন্না হৌল্লে - অহিংসে - অব্রাবতনা পিরাং কংলবা নুংনাংবগী, পুক্লিং চয়েৎনবগী অমম্বদা । রহিম নহাক ব্রাররিগনি - পোখারো । নংগী নতৌ উরগা ঐগী থমোয়সে - হায়ফম খংদে । (তুমিন) ফরে, ঐহাকসু তুমললুরগে । নহাকসু তূম্লো নিংঙাইদনা ।

> রহিমবু হিপথহল্লন্নগা ফতিমা তৌকম খংদবমখৈ মাগী ফমুংদা চংলকই । রহিমদি হিপল্লে, তুমথল্লে । ফতিমা হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা তুমথল্লে । অসুন্না মৈঙালসু মমথল্লে । মল্লিঙৈদা, ফমুং কা খনবা স্ক্রিন্দু অমুক চিংশিনখি ।

# মঙাসুবা উৎপা

নুমিৎ থরনিগী মতুং ।। ফতিমা ফি অমা লোল্লদুনা - য়াম্না নুংঙাইতবা য়াখল ইপাক্তা তাওরি । মিৎ পাংনা পাংনা মঙ মঙলি । রহিম ফতিমাবু হন্ন ক্কাওবা য়েংলমদনা, ফতিমাগী করিমত্তা খনবিদবা মতাগুম - ইমুংদগী থোরক্লগা, লকপ তৌরন্নগা থোকখি । ফতিমা নিংবা কায়না লৈহৌই ।

ফতিমা - ঐবু পুন্সিসিদা নুংঙাইবা হায়বদু ফংলকখিগদ্রা ? (তুমিন্না লৈ, অল্লাবগী ঈরৈ হেন্না হেন্না লৈশিন্নকদু মাগী মাইথোংদা উরি ।) পুক্লিংগী অচিকপা । পুন্সিগী নুংঙাইবা । অসিরনে - ঐনা পান্নিবা ? (তুমিন্না অমুক লৈ, আশা পুম্বা নিংখাইপ্লবগুম মখুত্তগী ফি অদু লংথোকখি ।) ঐবু পুন্সিসিদা নুংঙাইবা হায়বদু ফংলকখিদ্রা ?

নজিমা - ফংলরোই ।

ফতিমা - (ঙক্লা) নজিমা ! নং অমুক ?

নজিমা - ঐনা নংবু ওৎ-নৈগনি । অহিংবশা ! অশিবা ঐখোয়বু লৌনম তৌগনু

ফতিমা - নংনা হায়রি - ঐহাক অসে পুন্সিগী নুংঙাইবা ফংলরোই । নংনা করন্না খংই ।

নজিমা - নংনা হোৎনখি - রহিমগী থমোয়বু নংগী ওইনবা । মদুনা নং ঙমদ্রে ।

# ফতিমা

ফতিমা - মরমদি ?

নজিমা - মরমদি ফতিমা, হিংলিঙৈদা নজিমানা রহিমগীদমক্তা কয়াম ব্রাখিবগে হায়বদো রহিমনা ঙসি ফাওবা কাওবা ঙমদে ।

ফতিমা - মদুনা করম্বা ব্রারীনো ? করম্বা থৌদোক্নো ?

নজিমা - নুংশিবগী ব্রারী কয়াদু লিরুবগী কান্নবা লৈতে । (নজিমা - তপ্না তপ্না চংশিনখি, লোইননা ফমুং কাগী স্ক্রিন অদু হায়দোরকই । নজিমা - ফতিমাগী ফমুং মথক্তা - ফমুংদুগী মথক্রোমদা লেপ্পী ।) ইমা, ইপা, ইকুবোক, ইনেমবোক্না ইবানীবু তাম্নোকখি । ঐখোয় তাংদুনা লৈখি - সুলেমানগী হিংখোলসিদা । ব্রানা হোৎরবা কয়াগী মতুংদা য়ুমসি পানবা ঙমখিবনি । অদুবু ঐদি পুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক ফংবা ঙমখিদ্রে । হিংলিঙৈদা য়ুম্বাল পুন্সিগী মপাল হেক ফগৎলকপদা ঐ শিরে - নোংমা চাক চারিঙৈদা পঙথদুনা । (নজিমা ফমুংথক্তা লেকথখি ।) অদু ঐ শিদেনে ফতিমা । (নজিমা অমুক মকালান্না হৌগৎলকই ।) হিংলি - রহিমগী থমোয়গী কবরদা । অদুনা নংগী লৈফম লৈতে - রহিমগী থমোয়গী কবরদা ।

নজিমানা তপ্না তপ্না ফতিমাগী নাক্তা লাকই । ফমুং কাগী স্ক্রিনদু তিংশিনখি ।

ফতিমা - অহিংবশিংনা অশিবশিংদু নিংশিংদ্রবনি । রহিন্না নংবু কাওথ্রবনি । নজিমা নং ঐবু ওৎলগনু ।

নজিমা - করিগুম্বা অহিংবনা অশিববু মখোংনা নেংখায়রদি, খোদানা অহিংবশিংবু শা ওলহনগনি । অদুদি রহিম শা ওল্লব্রা ?

ফতিমা - মহাক শা ওন্দে, মী ওইরি ।

নজিমা - অদুদি করিগী মহাক্না নহাকপু নুংশিদ্রিবনো ?

ফতিমা - মদু ঐ খংদে ।

নজিমা - হায়য়ু, ফতিমা, নংবু রহিমগা নুংশিনরব্রা ?

ফতিমা - মদুসু হায়বা ঙমদে । নজিমা । অসুক কুইবসি মহাক্না ঐহাকপু নুংশিবগী মওং উবা ফংদে ।

নজিমা - অদুদি করিগীনো নংনা য়ুম অসিদা অসুম লৈরিবদি ?

ফতিম - লুহোংবগী লীপুন্দগীনি ।

নজিমা - লুহোংবগী লীপুন ? মদু মীনম্বা লিপুননি ফতিমা ।

ফতিমা - মরমদি ?

নজিমা - থমোয়গী লীপুন য়াওদ্রবদি লুহোংগী লীপুনশিংদু মীনম্বনি । অদুদি হায়য়ু, ফতিমা, রহিমনা করিগুম্বা অশিবগী কবরদা পোথাগ্লবদি নং করি তৌগনি ?

ফতিমা - ঐহাক য়ুম পানগনি - অতোম্পা নুপাদা ?

নজিমা - করি মরমগীদমক ?

ফতিমা - চুন্না, শেংনা হিংনবগীদমক ।

নজিমা - নথম্না হিংবদি করিগী ঙমদ্রিবনো ?

ফতিমা - ময়াই কারবা নেশা য়াওদ্রবদি পুন্সিসি লেম্পা ঙমদে । নেশা ! মসিবু

নংনা ফম্ভনা খনবা য়াই । মরমদি নং অশিবনি । নেশাদু লৌখোকখ্রগা করিসু লৈহৌদে পুন্সি অমদা । নেশা - পুন্সি অমতনি । মরম অদুনা করিগুম্বা রহিমনা তাইবংপানসিদা লৈত্রবকান্দা ঐহাক অতোপ্পা নিপা অমগা লুহোংগনি ।

নজিমা - অদু ওইরবদি নহাক ওক্তবী অমনি ।

ফতিমা - ওক্তবী । মদু লাম্না শিজিন্নরবা ব্রাহৈনি । দুনিয়াদা লৈরিবা মীশিংনা চয়েৎনরবা নিয়ম কয়াবু ইনবা গুমদে - কনানা লোম্না, কনানা ফোংনা । অফোংবশিংদুবু ওক্তবীনি হায়নৈ । মসিসু পুন্সিবু - চন্না, মশাগী থাঙ্গেশেংবা, অওইবীদা য়েংবা হৈতবশিং অদুতনা হায়বনি । থাজৌ, নজিমা - সিনা ওক্তবীনি, সিনা অওকপীনি হায়নবা অকক্লরবা পান্দম লৈতবনি, দুনিয়াসিদা । অদুবু পুন্সিগীদমক ইচম চন্না শেংলবা, পুন্সিগা চান্নবা নিয়ম কয়াবুদি গুাকই - অহিংবশিংনা পুন্সিগীদমক । নিয়মশিং অসিসু নেশাগীদমক্কি ।

নজিমা - মদু শেরান্নবা ব্রাখলনি, ফতিমা । তশেংবমক নহাক ওক্তবীনি । অরেম্পা, শেংলবা থমোয়গী নুংশিবা নঙোন্দা লৈতে ।

ফতিমা - শেংলবা থমোয়গী নুংশিবা হায়বমা লৈতে । লৈ - ইচম চন্না, নুংশিবা হায়বা অমা । নুংশিবা হায়বসে মশা মতোমতা লেংদ্রবনি, শেংলবনি - অমদসু, অনিদসু,ময়ামদসু - ।

# ফতিমা

নজিমা - মমিৎ চামা লোংবা নুংশিবদুনা অহিংবশিংগী নুংশিবা ওইরবদি অহিংবশিং অসি অঙাওবনি । মীনম্বনি । অদুবু ফতিমা, অশিবা ঐখোয়গী নুংশিবদি - নুংশিবা মহাক অদুতদা - শেঙোক ফক্তোকপা ঙমদনা পুনশিনথ্রবা লীপুননি ।

ফতিমা - মদুগুম্বা মখলগী নুংশিবা অমতনা কুইনা হিংবা ঙমখিদে - পুন্সিসিদা । ব্রারীতমক লৈহৌই । মরম অদুনা অদুগুম্বা নুংশিবদি অশিবগী নুংশিবনি । নজিমা, অশিবা নজিমা - ঐখোয়বু অমুক ওৎলগনু ।

নজিমা - অশিবা ! অশিবনা করিনো ? অহিংবনা করিনো ? অশিবনসু হিংই শিনা শিনা । অহিংবসু শি - হিংনা - হিংনা । থব্রায়গী মফমদা - কবি খেম্রে - শিবগা, হিংবগা তাও ফতিমা, ঐনা - হ চাহন্দুনা হাৎলবদি, ঐগী রহিমসু পোথামিন্নগনি - কবরদা ঐহাক্কা লোইন্না ।

ফতিমা - (শাওনা) নজিমা ! মখা তারগনু !

নজিমা - ওক্তবী ! - ওক্তবী ফতিমা !!!!

অসুন্না ব্রাহৈশিংদু হায়র - হায়রদুনা নজিমা খোকখি । ফতিমা - থব্রায নুংঙাইতনা লৈহৌই । করিমনা ইমুংলোমদগী খোরকই ।

ফতিমা - করিম চৎলগেরা ?

ফতিমা

করিম - ইতৈমা চৎচরগে ।

ফতিমা - ফন্নখোনে করিম - ব্রারী শৈখিসি ।

[ ফতিমা ফিদা থাই করিমনা ফমই । ]

করিম - করি ব্রারী শাখিসিগে ইতৈমা ?

ফতিমা - পর্দাগী মনুংদা লৈরিবী নুপী ঐখোয়না ঐখোয়গী থমোয়গী অব্রাবা কয়া ফুমদুনা থন্নবা হোৎনে । অদুবু ওমদে ।

করিম - হেক্তা হায়রিয়ু ইতৈমা, কৈদৌবগে ?

ফতিমা - ঐহাক য়ুম কয়ারক পাল্লুরে । কনা অমতদগী নুংশিবা ঐনা ফংলক্তে । নংগী দাদা রহিমগী য়ুমদা ঐ লাক্লে; মসিদসু ঐনা নুংশিবা হায়বদু ফংদ্রে ।

করিম - দাদানা করি তৌরবগে - ইতৈমা ?

ফতিমা - থবক খুদিংদা থাজবিদ্রে । ঐনা পিথকপা চুরুট মানা থক্তে । ঐনা থোংবা চাক ফাওবা চারক্ত্রে । ঐবু চৎপ্রোসু হায়দে; চৎকনুসু হায়দে । ঐহাক হায়ফম খংদে ।

করিম - ইতৈমাসু নহা ওইরি । শক ফজরি । মসিনা দাদা রহিমবু করিমত্তা ময়াই কাহনবা ওমদ্রেবর ?

ফতিমা - ওমদ্রে ।

করিম নুপী ওইবীশিংগী ফজবা শক, নুংশিবা, নৌরবা থমোয়দা ময়াই কাদ্রবা নিপাবু সংসারসিদা হিংলিব্রা ? দাদা রহিম শিরব্রা নম্রগা থমোয় য়াওদ্রবরা ?

ফতিমা - কাউঙমদ্রবা নুংশি থৌদোক কয়ানা মাগী থমোয়বু ওৎ-নৈরি । মদুনা পন ওইরি ।

করিম - করম্বা কাউঙমদ্রবা নুংশি - থৌদোক ?

ফতিমা - মাগী হান্নগী নুপী নজিমাগী নুংশিবা ব্রাখল, মাবু নিংশিংবা, খন্দুনতা লৈবা ।

করিম - শিগ্রবা অদুগীদমক ?

ফতিমা - মানি অদুবু নজিমা শিদ্রি ।

করিম - শিদ্রিবা !! অদুদি মহাক কদাইদা লৈ ?

ফতিমা - মহাক্কী হকচাংনা কবরদা, থব্রাইনা রহিমগী থমোয়দা লৈ ।

করিম - মদো ব্রাখলগী মংলাননি ইতৈমা ।

ফতিমা - নত্তে, মংলান নত্তে । নজিমা হৌজিকসু লাক্লম্মী । মানা ঐবু চৈরম্মী "মীনম্মী, মানম্মী" হায়না ।

করিম - অঙাওবগী ব্রানি মদু ইতৈমা । অশিবগী ব্রাখলনি । অঙাওবগী ব্রাখল, লংথোকখ্রো, পুন্নমক অরেম্বনি (তুমিন্না) ঐহাকসু চৎলগে ।

ফতিমা - ফরে য়ৌখ্রো ।

করিম থোকখি, রহিম চংলকই,মোরা অমদা ফমই, ব্রা ঙাংদে, ফতিমাবু ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈ । অতোম্পা কা অমদা ফতিমা চংখি । অদুগা শেল্পাক অমদা অচা-অথক পুদুনা রহিমদা পিরে । লৌদে মোরাদগী হৌগৎতুনা খর চৎথোকখি ফতিমা কপই ।

ফতিমা - ঙসিদি শেংনা তাকপিয়ু ঐবু করি ওইনা থম্বিরিবনো ? ঐগী করি ইরাল লৈপ্লবগে ? অসুক কুইবসি নহাক্লা ঐহাকপু নুংশিবগী মওং অমত্তা উবা ফংদে । তাকপিয়ু ঙসিদি ঐগী ইরাল করি লৈরবগে ?

রহিম - ফতিমা, ঐনা নংবু করম্না থাজগনি ?

ফতিমা - হায়বিয়ু ঐগী লমচৎতা করি চিংনবা লৈবগে নহাক্লা ?

বহিম - নহাক্তি মৌ হন্নকপিনি । কনানা খংগনি ঐগী য়ুমদা লাকত্রিঙেদা নহাক করি ওইরম্বগে ? ......? মথা তারগনু তানিংদে ফতিমা - ঐগী থমোয়দা নংবু নুংশিবা লৈতে ।

ফতিমা - অদুদি নহাক্লা ঐহাকপু নুহোংবগী করি কাম্নরি ?

রহিম - মদু ঐ খংদে ।

ফতিমা অদুদি ঐনা লাম্লবা ?

রহিম - অদুসু ঐ খংদে ।

ফতিমা - অদুদি ঐসে নংগী শাম্নপোৎ ওইবা তারবা ?

বহিম - অদুসু ঐ খংদে ।

ফতিমা - অদুদি নং ভুটলা, উকংনা শাবা মুর্ত্তিরা ?

রহিম - ফতিমা (শাওনা) ।

ফতিমা - মফম অসিদা নংনা ঐবু চংনা হাৎলে । অদুদি নং মী হাৎপানি, ঐনা লৈকাই তানবা লাওগনি । (লাওই) লৈকাই লৈকাই রহিমনা ঐবু হাৎলে হাৎলে .........?

রহিম - ফতিমা ! ফতিমা ।

[ তাঞ্জাসিদা সুলৈমান চংলকই । ]

সুলৈ - করি তৌনরবগে ! করি তৌনরবগে ফতিমা, রহিম ।

মবানি খুমদে, সুলৈমান্না ফতিমাগী মনাক্তা চংলগা হংই ।

হায়য়ু ইবুংদা নহাকপু কনানা করি তৌরবগে ? ঐদি ইপা পাখংলুরে ।

ফতিমা - তাদা সুলৈমান - উকংগী মূর্ত্তি অসিরা ঐগী ইপুরোইবা । অসিরা মপুরোইবগী নুংশিবা, অসিরা মতৈমনাওগী নুংশিবা ?

সুলৈ - ফতিমা ।

রহিম - ফতিমা ।

সুলৈ - (তপ্না, তপ্না রহিমগী মনাক্তা চংশিল্লি । মুন্না য়েংনরগা পুক্রিং নুংশিনা কোম্নে ।) রহিম ।

রহিম - সুলৈমান ।

সুলৈমান্না রহিমবু মখুৎ পায়দুনা ফতিমাগী মনাক্তা পুশিল্লকই মবানি চান্নহল্লি । সুলৈমান ব্লা ঙাংদনা থোকখি । য়েংনা, য়েংনা ফতিমা রহিম মুন্না য়েংনরগা ।

ফতিমা - রহিম ।

রহিম - ফতিমা ।

[মবানি কোনশিন্নে । মৈ মমই ।]

# তরুক শুবা উৎপা

ফজু হকচাং শাজেল তৌরি । করিম লৈ চরোং অমা পায়দুনা চংলকই ফজু লেপ্পী ।

ফজু - Good Evening Sir.

করিম - Good Evening লাও ফজু ৱারী শাখিসি । | করিন্না লৈদগী মকা অমা শেৎলদুনা ফজুদা হংই ।

মসি করিনো ?

ফজু - লৈগী লৈকানি ।

করিম - ইংরজীদদি ?

ফজু - কোরোলা ।

করিম - মসিনা করিনো ?

ফজু - কেলিক্স ।

করিম - মসিনা করিনো ?

ফজু - এন্থর ।

করিম - মসিনা করিনো ?

ফজু - স্টিকমা ।

করিম - অদুদি লৈ হায়বসি করিনো ?

ফজু - মখোয় লোয়নমকসিনি ।

করিম - (লৈ অমা হাক্লগা) মসি করিনো ?

ফজু - লৈ অমনি ।

করিম - মসিগী মগুণ করিনো ?

ফজু - মসিগী মশক, মতৌ, মওং, মনম ।

করিম - (খোংনা নৈহৎলগা) মসিনা করিনো ?

ফজু - খোংনা নৈহৎলবা লৈনি ।

করিম - মসিবু লৈরনে ?

ফজু - (খল্লগা) নত্তে, লৈ নত্তে । মসি লৈ ওইদ্রে ।

করিম - অদুদি মসি করিনো ?

ফজু - মওং মতৌ শক্তম মাংখ্রে । মসিদা য়াওরিবা কেমিকেল ইলিমেণ্টশিং অদুতা ঙাইহৌরে ।

করিম - মসিনি ফজু পুন্সি হায়বদো । ফরে, ফজু চংলসি, ঙসিগী পাবা হৌরুরসি ।

ফজু - ওজা (চংখি, করিম লৈহৌই, য়ান্না কেনা ফতিমা চংলকই) ।

ফতিমা - ওজা লেংবিরক্লেদনা ।

করিম - লাকচরে ইতৈমা ।(ফজুগী কাদা চংখিগে তৌবা)

ফতিমা - ঙাইখো করিম ব্রারী শাখিসি - ঙাইহাক্তং ।

করিম - করি ব্রারী শাসিগে ইতৈমা ।

ফতিমা - পুন্সিসি অহোংবা লাকই । অহোংবনসু ব্রাহল্লি । অহোংবনসু নুংঙাইহল্লি ।

করিম - করি অহোংবনো লাক্লিবদো - তাকপিয়ু ।

ফতিমা - নখোয় দাদা রহিমসে - হায়গুমদ্রে ।

## ফতিমা

করিম - ইতৈমাগা দাদাগা হৌজিকপু কমদৌনরিবগে ।

ফতিমা - ঐহাকপু নুংশিরকপা মাল্লি ।

করিম - ফিভমদু শোয়দনা লাক্কনি খনখি - ঐহাক্রসু । মরমদি ইতৈমাসে - য়েংবদা নুংঙাইবী নুপী অমনি । ইতৈমাগুম্বী নুপী অমগী মকমদা - মমাই লৈথোক্তুনা নিপা অমনা কয়া কুইনাবু লৈবা ঙমগাদগে ।

ফতিমা - নহাক্কী ব্রাসি তাবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওই । অদুবু খংদে - নজিমাদো - হৌগৎলকখিবা য়াই অমুকসু মহাক্কী কবরদগী ।

করিম - নজিমানা হৌগৎলক্লিবসে - মাগী কবরদগী নত্তে, হৌহৎলকপনি দাদা রহিমগী নিংশিংবৈ ঈপাক্তগী । হৌগৎলকপনি - ইতৈমগী চিংনবৈ ঈরোম্মুংদগী ।

ফতিমা - মদুমক্কা অচুম্বা ওইদুনসু, নজিমানা হৌগৎলক্লিবসি করম্না থিংবা ঙমগাদগে -ব্রাখলনা লামবা ফংদে ।

করিম - মসে থৌনা ব্রাৎপননি । পুক্লিং হায়বসে - অকনবা নোংলৈ নুশিৎনা তত্তুনা ঈথক ঈপোম কাহনবা সমদ্রুগী ঈপাক্লি । অকনবা পুক্লিংগী ফিরেপতনা নোংলৈসে - থিংবা ঙমগনি ।

ফতিমা অব্রাবদি অদুগুম্বা অকনবা ফিরেপতো -ঐখোয়না লৌবা ঙমদবসিনি ।

করিম - ঙন্নি খল্লগা হেক্তা ঙমগনি । ঙম্রোই খল্লগা অদুম ঙমদ্রে ।

ফতিমা - করিম - নখোয়গী দাদসে - নহাকুম্বা মীশক নত্তে ।

করিম - মদুম্না খনবিগনু ইতৈমা । ইতৈমনবু চপয়ুংনা লেপতুনা দাদা রহিমবু নুংশিবা ঙন্নবদি - ইতৈমনা দাদাবু শোয়দনা লাকশিনবা ঙমগনি ।

ফরে ঐহাক ফজুনা ঙাইরল্লগনি ।

ফতিমা - চংঙো চংঙো, লাইরিক তম্বিকরো । ঐসু ইমুংদা চংলুখিগে ।

[ফতিমানা থোং অমদা, করিম থোং অমদা চংখি । Light-off]

---

# তরেৎ শুবা উৎপা

অহিংনি । মাগী মাগী ফমুংদা রহিম অমদি ফতিমা ফিপ্লী । রহিম হৌগৎলগা ইমুংদা চংখি । অদুগা য়োৎ, থৌরি, পোলাং, পুখোরকই । হুই কপ্পা খোন্জেল তারী । থাবল ফরি । ফতিমাসু হৌগৎলকই ।

রহিম - থাবল ফঞ্রেদা ঙসিগী অহিংসি, পুক্নীং অসি ইনৌ নৌখোরকই ।

ফতিমা - ইংলবা, তপ্পবা, নিংথিরবা ফিভমদা ঐহাক্কী পুক্নীংসু ইনৌ নৌথরকই । নৌখোক্লবা থম্মোয়দা নিংশিংবগী লৈচিল মপৈ মপৈ পায়রকই ।

রহিম - অসিগুম্লবা নৌরবা থাবলগী অহিংসিদা নজিমাদু কবরদা নিংঙাইদনা পোখাদুনা লৈথোকপা ঙম্লমলোয় । মাগী কবরদগী মহাক শোযদনা হৌগৎলক্কনি । (ফতিমাদা) লাওনে ফতিমা (মনাক্তা চীংশিল্লী) হায়যু ফতিমা ঐনা নংবু নুংশিদ্রিবা করিগীনো ?

ফতিমা - মরমদি নজিমানা কববদগী হৌগৎলকই । নংগী থম্মোয়বু মানা কনশিন্দুনা থম্মী ।

রহিম চুম্মী, অচুম্বা ৱাফমনি ফতিমা । মসি মরুপ সুলৈমান্নসু ঐঙোন্দা তত্তনা খংহন্নবা হোৎনে । মদু ঐনা লৌখিদে । অদুবু ঙসিদি ঐগী পুক্নীং লেপ্লবনি । অশিববু ঐখোয়না নেৎখাইবা তাই । ঐখোয় হিংগে হায়রবদি অশিকগা মরি পুমথৎ থদৎনবা তাই ।

ফতিমা - অদুদি ঐখোয় করি তৌবা তাবগে ?

রহিম - (য়োৎ, পোলাং, থৌরিদা থিন্দুনা) য়েংউ ফতিমা, করিগুম্বা নজিমানা কবরদগী হৌগৎলক্লবদি ঐখোয়না মাবু থৌরি অসিনা পুনগনি । অদুগা মাগী কবরদা অমুক হন্না থম্লুগনি ।

ফতিমা - মদু তৌরগা ঐখোয়না অশিকগা মরি পুমথৎ থদৎনবা গুব্লগদ্রা ?

রহিম - মদু হায়বা গুমদে । য়োৎ অসিনা লৈবাক তৌরগনি, পোলাং অসিনা হোনগনি, থারবা লৈরোল কয়াগী মখাদা শিল্লবা নজিমাবু ঐখোয়না ফুমদুনা থমগনি ।

ফতিমা - অদুদি নজিমা হৌগৎপা গুব্লরোইদ্রা ?

রহিম - অদুসু হায়বা গুমদে । অদুবু লৈরোলশিং অদুগী মথক্তা চাওরবা নুংপাক অমা ননশিনগনি ।

ফতিমা - অদুদগী ঐখোয়না করি কান্নবা ফংগনি ?

রহিম - ঐনা নংবু নুংশিগনি । নংগা ঐগা হিংমিন্নগনি । পুন্সিসিদা ঐনা নঙোন্দগী ফংগনি নেশা, নংনা ঐঙোন্দগী । অদুদগী ইবানীনা ফংগনি নুংঙাইরবা পুন্সি ।

ফতিমা - রহিম (রহিমনা কোনবা) ।

রহিম - ফতিমা (নুংশিনা নানবী) ।

ফতিমা - ঐবু নংনা নুংশিরবা নত্রা রহিম ?

রহিম - নুংশিরে ফতিমা । হিংননবগীদমক ঐনা নংবু নুংশিরে ।

ফতিমা - নত্তে, হিংনবগী নত্তে ।

রহিম - অদুদি করিগীনো ?

ফতিমা (রহিমদগী লাপথোক্লা) করিগুম্বা মরম অমগী নত্তে । খংহৌদনা পুন্সিগী জাল্লনা পোকহনখিবনি নুংশিবা নংগী থম্মোয়দা ।

রহিম অদুগা চপমান্নবা পুন্সিগী জালনা নংগী থম্মোয়দসু পোকহনখি নুংশিবা ।

ফতিমা - অদুদি হৌজিক ইবানী করি তৌনি ?

রহিম - ইবানী ঙাইহাক হিগুনা লৈশি । ঐগী থম্মোয়গী কাশিদা চাকথোক্লবা থাবলগী মণ্ডালদা লৈঙমদ্রবী নজিমানা কবরদগী হৌগৎলগা লাক্কনি ।

ফতিমা - অদুগা ঐখোয় কবি তৌগনি ?

রহিম নজিমাবু ফাগনি মথোং মখুৎ পুন্সিল্লগা ইবানীনা অমুক হন্না থল্লুগনি মাগী কবরদা ।

ফতিমা - অদুদি ইবানী হিপ্পসি । মহাক লাকপা ঙাইরসি ।

রহিম - ঙাইরসি ।

মবানি চংশিন্দুনা ফমুংদা হিপখি ।
অথাম্পদা লমহুই, হুই কম্পা তায
নজিমা চংলকই ।

নজিমা - চান্নথোয়রবা কৈদনো ঐগী পোথাফম ? নিজগে লাকচরী - থব্রাযগী অইংবা । ঐনা কৌবা অসি তাদ্রব্র রহিম । য়েংউ, মপান্দা পুমঙাল ঙাম্রে থাজগী থাবলনা হৌশ্রবা পুরকলে, শিশ্রবা হিংগৎলে, হৌগৎলো লাওনে

ফতিমা

নুংশিবা । শাম্নরুরসি লাও নং ঐ থাজগী মেংলবা থাবল ইগোমদা ।

[রহিম, ফতিমা কুক কুক হৌগৎলী]

রহিম - নজিমা ।

নজিমা - চান্নবা । (রহিমগী মমাংদা কুম্বদুনা) পীনবীরো শান্তী, প্রেম, নুংশিবা ।

রহিম - কবিতাগী রুপ লৌদুনা নং অমুক লাক্লব্রা নজিমা ? (থৌশাদনা চৎথোকখি) কবিতা, শৈরেং ঐ অমুক পামদ্রে । ঐ কবি ওইদ্রে নজিমা ।

নজিমা - (তপ্না হৌগৎদুনা) ঐনা লৌরিবসি কবিতাগী রুপ নত্তে । শান্তি, ফজবা অমসুং শিবা নাইদবগী শক্তন্নি । করিগী শাওরিবগে ? থাদোকপীরো লিপুন অপুন্না শাম্নরুরসি নংগী থব্বায়গী ঐগী থব্বায়গা ।

রহিম - লিপুন থাদোক্লবদি ঐ করন্না হিংগনি ? কবিগুন্না ঐহাক ঙাওবা ঙমদ্রে নজিমা । ঐবু ওৎলগনু নজিমা - ঐবু ওৎলগনু । হৌখ্রবা পুন্না হৌখ্রসনু ।

নজিমা - হৌখিবা পুন্না অমত্তা হৌখিদে, মতন্না করিগুম্বা অমত্তসু মাহনখিদে । ঐ মাংদে । হিংলিঙেদা লৈরম্বা ইবানীগী নুংশিবা, ব্রাখল লেংদনা লৈরি । লাকলো নং ঐ শাম্নরুসি মশক মওং নাইদ্রবা ব্রাখলদুগী হিদোমদুদা কাইদোংদুনা ।

ফতিমা

রহিম - মদু চোয়রোলনি নজিমা - কবিগী চোয়রোলনী । মদুগী ওম তৈনবদা অহিংবা ঐখোয়দি লান্নীনি । হাৎকনি, নেৎকনি, শেগাইগনি । মরমদি অহিংবগী খোংচৎশি তমথীরবা লানফমনি । খোদানা থাবিবকলে হিংনবা হিংনবগীদমক্তা ঐখোয় লাম্লেংনগনি ।

মতমসিদা ফতিমা তপ্না তপ্না হৌগৎলকই । ফমুংদগী থোরকই ।

নজিমা - রহিম নং শা ওল্লবা ?

রহিম - নত্তে, ঐ শা ওন্দে । মী ওল্লবনি নজিমা ।

রহিমনা নজিমাগী ব্রাখল কাওথোকখিবগুম - নজিমাবু কপ্লোকই । নজিমা থম্মোয শোক্লা শোক্লা থোকখি।ফতিমাগা রহিমগা নকশন্নরকই ।

রহিম - ফতিমা ।

মবানী মখুৎ তিংথোক্লগা, অমন' অমগী মখুৎ পাযরগা নোকমিন্নে ।

ফতিমা রহিম ।

মৈ মমথরকই । খজিক্তং ঙাঘোক্লগা মবানী DL দা থবক শুরি । রহিমনা য়োৎপাক তৌরি । ফতিমানা DL দগী লৈবাক হোল্লগা DR দগী থম্মী । থবক শুবা শুনা মবানী ব্রারী শাম্রে ।

রহিম - (নুংশা শ্বর হোন্দোক্লগা) হৌজিক্তি, হিংলিবা ঐগা, হিংলিবী নহাক্কা, চেৎনা পুন্সীল্লগনি নুংশিনবগী লিপুম্না, নত্রনে ফতিমা ?

ফতিমা - মানি রহিম, ঐখোয় পুনশিল্লবনী নুংশিবগী কল্লবা লিপুম্না । অসিবা নত্তনা কনানাসু অহিংবগী লিপুম্না থদৎপা ঙম্লরোয় ।

রহিম - মাংখ্রসনু কবিতা, মাংখ্রসনু কলপ্পাগী তম্নরাই । ঐখোয় ফংলে, মিকপ থোক্লবা তাইবং অমা ।

ফতিমা - ঐখোয় ফংলে মীকপ থোক্লবা তাইবং অমা ।

নোং ঙাল্লকপগী য়েন খোংবগী মখোলগা লোয়ননা মসজিদতগী লাইশোন তায় ।

রহিম - (হরাওনা) য়েংঙুনে, তাওনে ফতিমা নোংঙাল্লমালে । য়াহৌ ঙনবা য়েনবা লাবনা মকা লাম্না থোংলক্লে ।

ফতিমা - মংলান কয়া মাংগ্রে । মসজিদতগী নুংশিরবা লাইশোনগী মিববা খোম্লাংনা লাক্রে । চিংখৈদা নুমিৎকী মশেক্লা ঙাল্লকলে ।

[ভাবোক্তা ওনশিল্লগা অনি পুন্না ।]

অনিমক - য়াকাইরে, য়াকাইরে ঐখোয় য়াকাইরে ।

মবানী খুউ হৈতোনা খুদাবু খুরম্মী । মৈ মমখি । ফমুং - কাগী স্ক্রিন চিংথোকখি ।

---

# ৮শুবা উৎপা

মতম খরগী মতুংনি । য়ুমদা অহোংবা খর উই । ফিভম ফগৎলে । মখুত্তা লাইরিক অমা পাযদুনা ফজু হঙ্গত - হন্দা চৎলি । মফি মরোল ইমোৎ মোৎ, মকোয় মরাং ইচোম চোম করিম চংলকই । ফজুনা হেক উবদা মশক খংদে, মুন্না য়েংলগা খংলকই ।

ফজু - ওজা । ওজা করিম নত্রা ?

করিম - মানি ঐনিনে ফজু ।

ফজু - লেংশিনবীরকউ, লেংশিনবীবকউ ওজা ।

[ফিদা থাই । করিম ফমই ।]

করন্না পানবীরিবগে ওজা ?

## ফতিমা

করিম - ঐদি মংলান্দা তাওরী, নখোয়দি নুংঙাইরিমালে - য়ুম - কৈ য়ান্না নাল্লমলে ।

ফজু - ওজাবু য়ান্না নংলব্রা ?

করিম - থেংনরুরে - ফজু ঐনা শাথিনা ময়াই কারবা কবিতা অমা । হেলোয় অতোম্বীগুন্না কবিতা অসিনা লাকই ঐঙোন্দা - ঐবু কোয়পু পুদুনা চৎলি মংলানগী লোয়বা নায়দ্রবা তাইবং অমদা । অসিগুম্বা মীকপ থোক্লবা তাইবং অসিগী চৎনবী, রুহি, ধর্ম্ম, কর্ম্ম ময়াই কারবা কবিতা অসিগী লৈবাক্তা লৈতে ।

ফজু - করন্না ফংলুবগে অদুগুম্বা লৈবাক্তুদি ওজা ?

করিম - কবিতাদুনা লাইগুন্না থাক ব্রাংলবা পাও পুবা অমগী শক্তম লৌদুনা মশা থগুনা পায়রকখি । অদুগা ঐবু পুখি । অদুনা ঐনা ফিজেৎকিসু খল্লুদ্রে, হকচাংগীসু খল্লুদ্রে ।

ফজু - মতম কয়াগী মতুংদা ওজানা ঙসিতা লেংবিরকলি । করি হাগনি তৌরিবসিদি ?

করিম - ঐহাক করিমতা চানিংদে । করম তৌরি আব্বা - খোয়দি ?

ফজু - য়ান্না নুংঙাইরি ।

করিম - আব্বাগা নমাতোন ফতিমাগদি করম তৌনা লৈমিন্নরিবগে ?

ফজু - য়ান্না চান্ননা লৈমিন্নরী ।

করিম - (তূমিন্না লৈরুরগা) ফজু ঐহাক য়ান্না খৌরাংলে, য়ান্না খৌরাংলে ।

ফজু - করিনো ওজানা খৌরাংবিরিববো ?

করিম - ঐহাক ঈশিং য়ান্না খৌরাংলে ফজু ।

ফজু - চাসু শেমজরক্কে, ঈশিংসু পুজরক্কে । ইমা ! ইমা !

[ফজুনা কৌদুনা চংখি ।]

করিম - (মথন্তা) হে কবিতা ! নংনা শান্নহল্লী ঐবু লমলানবী কনাগা । অমুকসু ঐনা তুকথচে ইশা ইথন্তবু । অদুবু ঐগী নুংশিবশিনা কনাগী নুংশিবদা অথিংবা পীরুবগে ? পীরুদে । ইথন্তা চাকথেকহল্লী ইথন্তগী থম্মোয হা ! হা ! হা

[ঈশিং পুদুনা ফতিমা থোরকই ।]

ফতিমা - করিম করিনো নংনা তৌরিবা অসিদি ?

করিম - ইতেমা ! ইতেমা ফতিমা - ঐ মংলান্দা তাওরবা কবি অমা ওইবে ।

ফতিমা - কবি ওইরবা ! অদুদি নহাক কবিতা কয়া ইরবগে ?

করিম - ঐগী কবিতা, ঐগী উপন্যাস কনাবুসু পাহনবা য়াখিদে । মরম অদুনা অঙৌবা চেবাংদা অমুবা মুক্সা ইবা য়াখিদে ।

ফতিমা - অদুদি কদাইদা ইরিবা ?

করিম - ঐগী চাকথেক্লবা থম্মোয়গী চেবাংথক্তা ইখৌলাংবগী মুক্সা ।

ফতিমা - অদুদি থকউ ইংলবা ঈশিংসে । ইংব্রা য়েংউ নংগী থম্মোয় ।

করিম - পীয়ু পীয়ু ঈশিংদু ইংব্রা য়েংগে ঐগী থম্মোয় ।

ঈশিং পী করিন্না ঙাইঙমদনা
লৌরগা থকই ।

ইংলে, য়ান্না ইংলে ।

ফুক হৌগত্লুনা করিম চৎখি ।
মুরুম মুরুম শোন্দুনা ।

ফতিমা করিম ! করিম করি তৌরবগে, করি তৌরবগে ?

ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই, ফজুসু
চা পুথোক্লুনা থোরকই, ফতিমা
গ্লাস অহাংবদু পায়থখলি ।

ফজু - ইমা ওজাদি ?

ফতিমা - করিনো চোয়রোল পারোল খরা লোল্লক্লগা থোকখ্রে ।

মবানিমক চৎখিবা মায়কৈদা
য়েংদুনা লৈহৌই । মৈ মমথখি
মন্নিঙৈদা ফমুং কাগী খ্রিনদু
চিংশিনখি ।

# ৯শুবা উৎপা

[মশা য়ান্না চোকথনা রহিম চংলকই ।]

রহিম - ফতিমা ! ফজু ! ঐগী হকচাং অসি করিনো অমা তৌরে । ফজু, ফতিমা ।

ফতিমা - (মনুংদগী) কৈদৌরবগে ?

ফজু - (মনুংদগী) কৈদৌরবগে আব্বা ?

[ফজু, ফতিমা পাখৎনা থোরকই ।]

রহিম - কোক অসি য়ান্না লুম্লে । মীৎসু উরক্লে । কদাইদনো ঐবু অমুক্তা পোথাহল্লু ।

[ফজুগা, ফতিমাগনা লৌদুনা পুরগা ফমুংদা পোথাহল্লী ।]

ফজু - করি তৌরগে হায়বনি আব্বা ?

ফতিমা - ইবুংঙো ! নংবু করি তৌরবগে ?

রহিম - লম্বীদা থংহৌদনা হকচাং অসি চোকথরকখি । য়ান্না ব্লানা য়ুম অসি য়ৌরক্লবনি ফতিমা ।

[ ফতিমাবু থিরকই মাদুনা । ]

ফতিমা - ঐহাক অসিদা লৈএ করি তৌরবগে ?

রহিম - ফজু ! (ফজুবু মারকই ।)

ফজু - আব্বা ঐ লৈএ । সে পোথাও । ঐ ডাক্তর কৌরুখিগে ?

রহিম - ডাক্তর কৌরুদুনা কান্নররোয় ফজু । সে ইপা ব্রা হায়গে । ইপানা লৈত্রবদা নংগী নমাতোনবু পোক্তবীনি হায়দুনা মীরাইবীগনুকো ।

ফজু - অদুন্না হায়রিহেদেনে আব্বা ।

ফতিমা - ইবুংঙো করি মতৌনো নহাক্না তৌরিবসিবু ?

রহিম - পুন্সিগী লিপুন্না পুন্নবা - তৎখিবা তারে মীকুপ খরগী তুংদা । ঐসু কবরনুংদা নজিমাগুন্না চিক্না পোথারুরগনি ।

ফতিমা - রহিম ।

রহিম কবরনুংদা পোথারবা মতমদদি ঐবুসু অহিংবা নখোযনা নেৎখাইরগনি ।

ফতিমা - রহিম তোক্লো কৈদৌরবগে মখা তারগনুবা ।

রহিম - ফতিমা ! হিংঙুকো নং হিংঙুকো ! অদুগা থারবা লৈরোল, লুন্নবা নুংজাওগী মখাদা লৈরোল চল্লু ঐবু কবরনুংদা । অদুদগী নং ।

ফতিমা - রহিম ! ঐবু কপহল্লগনুনে রহিম । (কপই)

রহিম - হিংলিঙে মিকুপ অসিদা ঐনা তাবা ফংই অহিংবা ফতিমাগী কপ্পগী খোল্জেল । অদুবু তাবা ফংলরোই কবর নুংদদি ।

ফতিমা তোকপিরো কৈদৌরবগে মখা তাবিরগনু ।

রহিম ফরে ঐ মখা তাররোয় । কদাই ঐগী ফজুদি ?

ফজু - আব্বা ঐ লৈএ ননাক্তা ।

রহিম - হৌজিক্তি অশিবা লাক্লে । মহাক্না ঐবু হৌররে । ঐ ইথক্তা ঙাইরে । মথোংহল্লকবা পুন্সিদগী ঐহাক নিংতল্লগনি ।

ফজু - আব্বা। (কপ্পা)

ফতিমা - রহিম। (কপ্পা)

রহিম - আ! হা!

ফতিমা হন্দোকখি। মাগী ফমুংদা কপ্পা কপ্পা লোকথখি। ফজুনা "অন্তক ফেরুলা" শোন্দুনা রহিমবু ফিনা কুপশিনখি। মৈ মমথখি।

---

## ১০শুবা উৎপা

ফমুংদা নাইতোম তোহৌরবী ফতিমা মপাং কাইনরবী চোক্লাগুম নুংশুক নুংজাননা ফমদুনা লৈ। হিক্লা হিক্লা কপই। করিম চংলকই। ফতিমাগী মমাংদা লেপ্লে। ফতিমা ইঙক ঙকই।

ফতিমা - নং কনানো?

করিম - ঐনি ফতিমা।

ফতিমা - করিম! থেংলবা অহিংসিদা মফম অসিদা?

করিম - মানি মফম অসিদা লাকলিবনি।

ফতিমা - করি মরমগী?

## ফতিমা

করিম - নংবু হৌবা লাক্লাবা ।

ফতিমা - কদায়দা ?

করিম - পুন্সিগী লম্বীদা, অহিংবগী খোংচত্তা ।

ফতিমা - পুন্সিগী লম্বীদা, অহিংবগী খোংচত্তা ?

করিম - মানি । অহিংবগী খোংচত্তনি । ফতিমা, কনাদসু তাহনখিদ্রবা ঐগী থনুংতদা শকচবা ঐগী কবিতা তারো ঙসিদি ।

ফতিমা - করম্বা কবিতা ?

করিম - নুংশিবগী কবিতা ।

ফতিমা - নুংশিবগী কবিতা ! কনাবু নুংশিবগী

করিম - নহাকপু নুংশিবগী ।

ফতিমা - ঐহাকপু ।

করিম - মানি নহাকপুনি । নংনা মীগী ওইরিঙে, মীদুনা হিংলিঙে, সমাজগী খন্দুনা, মীওইবা পুন্নগী শান্তীগী খন্দুনা ফোংদোকখিদে ঐগী নুংশিবা নঙোন্দা। হৌজিক্তি নহাক্কী নেশা অদু মাংখ্রবদা নংনা তাওরি মংলানগী ঈপাক্তা,য়াকাইরো, য়াকাইরো ফতিমা,অহিংবশিংগী খোংচত্তা চৎলসি। নং ঐ খুজেং পালোয়ননা ।

ফতিমা - করিম ।

করিম - ফতিমা ।

ফতিমা - অদুদি কদাই পুন্সিগী নেশাদি ?

করিম - লৌরো নেশাদু ঐগী থম্মোয়দগী ।

ফতিমা - করম্বা নেশা ?

করিম - নুংশিবগী নেশা !

ফতিমা - করিম ।

[ ফতিমাগী খুজেং পাইদুনা]

করিম - হায়রু ফতিমা মতম কুইনদগী চাক্লবা ঐগী থম্মোয়গী মৈচাকসে নংনা অমুক্তা ইংহল্লরোইদ্রা ?

ফতিমা - করিম(শাওরপনা)। ঐগী রহিম শিদ্রি হৌগৎলকখিগনি মাগী কবরদগী। থাদোকউ ঐগী খুদাং ।

করিম - থাদোক্লোই পুন্সিসিমগী থাদোক্লোই ।

ফতিমা - অদুবু করিম ঐদি নংবু নুংশিবা ঙমদে ।

[করিমনা ফতিমাবু চিংবা হৌই]

ঐবু থাদোকউ, করিম ঐবু থাদোকউ ।

[ রহিম চংলকই ।]

রহিম - ফতিমা ! ফতিমা ! ঐহাক হৌগৎলক্লবনি কবরদগী ।

করিম খংপ্রেপ খংই, থাদোকই
ফতিমাবু । ফতিমানা ঙক্লা
করিমগী মনাক্তা লেপ্লুনা লৈ ।

করিম - ফতিমা লাক্লীবসি কনানো ?

ফতিমা - কবিতানি, কল্পনাগী তন্নরাইনি ।

করিম - হিংঙু ফতিমা হিংঙু । মিকপ থোক্তুনা হিংঙু । মাংহনখ্রো কবিতা লংশেকখ্রো কল্পনাগী তন্নরাই ।

ফতিমা - ঐগী য়ান্না কিরে করিম ।

করিম - নংগী ঙাকশেন্নবা ঐ লেপ্লী হিংনা হিংনা । লাক্লো ফতিমা ঐগী তুং ইল্লকলো ।

ফতিমা - কবরনুংদগী রহিম্না হৌগৎলক্লবদা ঐনা করন্না নংগী তুং ইনগনি করিম ?

করিম - অদুদি অশিবা রহিমবু পুন্দুনা অমুকহন্না থাদথ্রিশি মাগী কবরনুংদা । খোনজিন্নশি থারবা লৈবাক্কী লৈরোন কয়ামগী কবরগী মথক্তা ।

রহিম - করিম ! অদুশুম্বা হৌন-খংদবা ব্রাঙাং ।

করিম - মসি অহিংবশিংগী ব্রাঙাংনী । খংলরোয় অশীবা নখোয়না ।

রহিম - অদুদি ফতিমা হায়য়ু নং ঐবু থাদোকতুনা চৎলগদ্রা ?

করিম - ফতিমা তারুগনু অশিবগী ব্রাহে। হায়য়ু নং হিংবা পাব্রা শিবা পাব্রা ?

ফতিমা - হিংবা পাম্মী ।

করিম - অদুদি থদৎনরো মরি পুন্না অশিবগা। অহিংবা ঐখোয় চৎমিন্নশি পুন্সি লম্বীশিদা ।

ফতিমা - (ব্রাখল খন্দুনা করি হায়রকপা ঙাইদুনা মবানী লৈরি ।)

কবরদগী হৌগৎলক্লবা রহিমবু থারবা লৈরোনগী মখাদা পুশিন্দুনা থম্বা ঐ পামদে করিম ।

করিম - (নিংবা কাইনা) ফতিমা ।

ফতিমা

রহিম - (হরাওনা) ফতিমা ।

ফতিমা - অদুবু রহিম, ঐহাক হিংবা পান্মী । অদুনা ঐনা নুংশিগনি করিম্নু ঐগী ওইনা ।

করিম - (হরাওনা) ফতিমা ।

রহিম - (নিংবা কাইনা) ফতিমা হায়ন্নু ঐগী পোথাফমদি কদায়দনো ?

ফতিমা - অরেম্বনি রহিম ! অশিবা রহিম ! নংগী পোথাফমদি নংগী নশাগী কবরদনি। পোথারুরো নংগী কবরদা। ঐবু পুরো অহিংবগী খোংচত্তা।

[মবানি তপ্না তপ্না চৎপা হৌই]

রহিম - ফতিমা .... .... .... .... .... .... .... ।

[খোঙ্মাং য়ৈ]

H7186

[মৈ মমখি]

——————[লোয়রবা]——————